কোংজব :—
মযাংলম্বম গৌরচন্দ্র





কোপী মশীং ১০০০
মার্চ তাং ১৪ | ৩ | ৭৭ ইং।



নম্ফম :— দি লিলা সিংহ মেমোরিয়েল প্রেস,
ককচিং বাজার, মণিপুর।

# ৱামাং য়ানবা

খন্নাংবা পরারী অহুইরোন কৌবা অরিবা মৈতৈ ময়েক্কগী বেঙ্গোল্লী ময়েক্কা শিন্দোকপা অসি মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনরোল তাকপা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসি পারগা ঐখোয় মৈতৈ জাতিগীসু থাইনদগী লাইশিংনা তুংগী মীরোল কয়াদসু খংহৌ-নবা অরাংবা থাক্কী চৎনলোন লাইনিং লম্বী তাকপা পুয়া কয়া লৈরমখিগনি হায়না খংহল্লি।

লাইরিক অসিনা খংহল্লিবদি অফবা ৱারীশিংদি মীরোল অমনা মথং মীরোল অমদা মথং মথং লিনরক্কুনা মাংবা য়াদ-নবা হোৎনৈ হায়বগী খুদম :— মণ্ডাং গুরু পুন্সিবনা লুৱাং গুরু পুন্সিবদা, লুৱাং গুরু পুন্সিবনা খুমন নিংথৌ য়াইনিংতোন্দা, খুমন নিংথৌনা লাইয়ু পুন্সিবদা, লাইয়ু পুন্সিবনা মেন্দে নিংথৌ সরাবদা। মেন্দে নিংথৌনা শেল্লোই গুরু কবোম্বদা, গুরু কবোম্বনা শাৱাং গুরু নোংজেংবদা, অসুম্না মথং মথং লিথরকপা অসিনা ফোংদোকই।

অসিগুম্বা লুরবা ৱারী অসিবু তুংগী মীরোলশিংনা খুমুংগী ওইবা অরিবা চৎন-শিলোন থিরকপা কয়াগী খুদোং চানবা হায়দুনা ওইনাম পূর্ণশ্চামনা লাইরিক অমা ওইনা ইদুনা

থম্বীরমই। হৌজিক্কী মীয়োল কয়ানা থংবদা থুদোং চানবা মজাতিগী সাহিত্যগী সেবা ভৌজনিংবা অমা শুইনা লেখক অসিনা মীয়ামগী মাংদা লাম্থোকলে। মসিগীদমক অয়িবা চৎনবা-শিলোন নৈননিংবা মীওইশিংগী কানবা থরদি ফংলগনি হায়না নিংই।

লেখক অসিগী থাখলদা অতোপ অতোপ্পা পুয়া কয়াম্থু অনৌবা ময়েক্তা ফোংলকখিগনি হায়না নিংই।

নাওরেম অমুয়াইমা
পণ্ডিত অচোবা ( সনা কোম্নুং )।



# রাইহে অম'নীদং

ইনাও গৌরচন্দ্রনা মৈতৈময়েক্কগী বাঙ্গালী ময়েক্কা হন্দো-ক্কুনা পুথোকখলকপা 'থম্নাং পন্নারী অহুইরোন' পাজরে। মসি মীওইবগী থোইদোক্লা রাংলবা ফিদম্নকম ওইবা লমচৎ-শাজং, পোকপা-শিবা অমস্তুং তুংদা থোক্লগদবনচিংবগী মরমদা গুরুরেন মঙাংগুরুনা লুরাং কুচুবদা, অদুদগী গুরু মথং মথং শমথদুনা তাক্লম্বা খঙবদা কাম্নবা পাওতাকশিংবু পুর্ণশ্যামনা লাইরিক ওইনা ইরম্বনি। গৌরচন্দ্রনা ওঝা গুরু কয়াদা চংজরগা অমস্তুং মল্লবা লুবাক তাবুম্নুং কয়াদা থিরু হুমলুরগা ঐখোয়গী খুন্নাই (সমাজ) মাঙদা ইজাতিগী ফজবা শক্তম উৎলকপনি। তাখিদ্রবা অরিবা রেকোর্ডকী ফজবা ঈশৈ হন্না তাহনবগী মওংনি। অদুবু মৈতৈ ইপা ইপুশিংগী রাংলবা পুন্সিগী আদর্শ অমদি লাইরিক অসিনা উৎলি। মতম অমদা ধর্ম্ম অমদি লৈঙাকলোনগী অথা মীৎ-য়েংদগী মৈতৈ সাহিত্য মন্নুংদনা লৈরোনম্নুংদা চেনবা গঙ্গাগুম লৈখি, মপান্দনা হরিজনগী দশা তাখি। তোইংগুম্বস্তুং ঙসিদি মপা-মপুনা ফুম্লম্বা শেনফু থিবগুম মৈতৈ সাহিত্য থিনরক্লে, ফোঙদোক্লরক্লে। মৈতৈ ময়েক্কা ডেথ লেটরগুম 'অরিবা ময়েক' কী থুরবা মীংথৈদা তাখিবা অমস্তুং অথঙ অহৈ মাইচৌ থরতগী মমল লৈবা পোৎ ওইখিবনা অরিবা মৈতৈ সাহিত্য

সাধারন মীয়ামদা 'লৈ খঙনা খঙনা খঙদবা', 'উনা উনা উদবা' পোৎ ওইরমতুনসু হৌজিক্তি থিজিন হুমজিন্নবা অমসুং ফোঙ-দোক্লরকপদগী খঙনা-উনবা পোৎ ওইরক্লে। গৌরচন্দ্র অসিগুম্বা অরিবা মৈতৈ সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিনচিংবা থিজিন হুমজিন-বদা থরায় য়াওবা নিপা অমনি হায়বসি মাগী 'খল্লাং পরাল্লী অহুইরোন' অমসুং হান্না ফোঙগ্রবা 'খম্মোই য়াংমোই লৈমরেন সেকনিং' কৌবা লাইরিকশিংসিনা তাকই। তুংদসু থিজিন হুমজিনবগী থবক কয়া থরায় য়াওনা চৎথরকখিগনি অমসুং মমল য়াম্নবা পোৎথোক কয়া পোৎথাক্লুনা হিরমসিংনা মাগী মশকনাইবা থৌদাং য়ারকখিগনি হায়না থাজে।

মেংখোম বিহারী সিংহ
সেক্রেটরি,
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং,
মণিপুর।

তাং ৮/৩/৭৭ ইং।

## খম্নাং পাবারী অহুইরোন পারুবদা

"চোইনৌ সনা চীংবা চিংবা
মালেম লৈরোন অসিগী
অরুম মথৈ লৈভববু
পলেম পোকমাবীগী
মতিক লাইজ ইরেন পুঙশুম্বনা
থোইনা লুমথোইয়ে।
কোরৌ নোংমদোন অরাংবা
শরাং অথাপ্রবু হেম্না
পম্বো শাৎমাবগী মতৌঙ অরুবনা
থোইনা রাংথোইরিবা মহাক্লে।" ( লাঃ ৪১ )

তাইবং মপু মাবুম্থ পলেম পম্বো শুপ্না শৈশক্লে। অহুদগী মিংথাং লৌহুনা পোক্লকম লমদমবুম্থ পলেম শক্লা; কনা অমনা পম্বৌ, কনানা অমুক পলেম পম্বো শক্লা শৈথানৈ। অম্বম্না অমুক অপোকপা ইমা ইপাবুম্থ লাই ওইনা শৈরাংনৈ। অহুগা পলেম পম্বো অনীগী মতিক মশুম্না পুম্নমক্কগী অথোইবনি। পলেম পম্বো খঙলগা ঐ খঙলক্কনি, ঐ খঙলগা পুম্নমক খঙলকই। রাখলশিং লাইরিকসিদা নীংথিনা উৎলি। "খম্নাং পাবারী অহুই-রোন" কৌবা লাইরিক অসি পারুবদগী ফংগদবা পুক্নীংগী মুংঙাইবা অপেনবহুদি ঙমথৈ নাইররোই কন্নিনা তাইবং মপু থরায় য়াইবীরেন, পলেম পীনাইদবী পম্বো পানাইদবা অনীগী

মউ লিংকম, মপাল শাৎকম, হরাও কুম্মৈ শান্নফম, লাইরমলেন মীরমশেন অনীমক্কী হৌন লোনচৎ উৎপা লাইরিক্কি।

লাইরিক অসিগী চপচাবা হায়বা তারবদি ; মতিক চাজরবা পায়মা শিন্নৈরোম্বা ঐগুম্বগীদি ইতিক নত্রে। অদুমকপু খরদং-সিদি পঙনীংই মদুদি— তাইবং শেম্বদগী হৌদুনা মী শেম্বা ফাওবগী থৌদাং পুরিবা তাইবং মপু মাবু খন্নাংবা কৌনা শৈথা-রকপসিনা কংলৈ অমদি ময়েক শেংনা শাগৎলে নীংই। খন্নাংবা মাবু খঙত্রবদা মী অদু মী ওইত্রে. "মপাগুরু নাইদনা খন্নাং পারারিবু খঙদরবা....শিঙবী মহুম চাকুম্বনে।" (লা: ৫১/৫২)। মরম অসিনা খন্নাংবা নীংবনা অথোইবা লাইনীংনি হায়না লৌনৈ. "খন্নাংবা পল্লোন শাগৈ হৌনা মনমচৎকী. পুরী লমচৎ হৌনরকপা অসিনা তাইবং নমু মীওইবগী রারম মপুরেন রায়েন অহানবা মহাক্কে হায়ববু....লমচৎ কারন চন্নবা, নমু মীপোক অতোনবা থরায় থোইনা মাংলবা লমচৎ লৈখা তারব-ও তৌনা কৌয়ে।" (লা: ৩৫)।

পুন্নমক অসিগী মথক্তা অকুপ্পা রারম কয়ানা লাইরিক অসিগী মতিক ময়াই নীংথিহল্লি। লাইরিকসিবু ঙাক্তুনা থম্বীরম্বা পম্মৌশিং অদুবু অহুগা বাংলা ময়েক্তা পুথোকপিরিবা ইনাও গৌরচন্দ্রবু শীংথাজনীংই।

তাং ১০/৩/৭৭ ইং শ্রীকুঞ্জো সিংহ, পুরম্বম।

---

# বাহৌদোক

"খল্লাং পারারী অহুইরোন" হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈ জাতিগী মমাংদৈদগী চৎনরকপা রারীনি। লাইরিক অসিদা মতম তাক্লমদ্রবস্থ কনাগী থৌরাংদগী করম্না ইখিবগে হায়বগী মতাংদা অস্নম্না ইরি— "থোংজম গৌরাং মপারি পলেম মমা কৌবরোন চম্থ পায়ম উনংগোইমুংগী মপারি অহোং লৈরাং অংতানবনা পূর্ণশ্যাম অদোন নোংয়াই ওইনামচাদ পোইরৈ খল্লাং পারারী অরীবা...... মালেম লৈরিংশৈ, নমু পোংশেমরানচিংনা, নমু পোংলমচৎ মীরোন অহুইরোন অংচেৎপপু লাইরিক শৈরেং-বীও হায়না য়াথংথোনেকরাগী অদোন নোংয়াই ওইনামচা পূর্ণশ্যাম তরা শিল্লেরোম্বনা...... শৈথিজরক্কে।" মতাং অসিদগী লাইরিক অসি ওইনাম পূর্ণশ্যামনা ইবনি হায়না তাক্লি। লাইরিক অসি ইং ১৯৬৬তা ককচিং খুলেন লাইথগোল লৈকাইদা লৈবা শ্রীক্ষেত্রিঃ তোমাল্লো সিংহনা মৈতৈ চেদা মৈতৈ ময়েক্লা ইবা লাইরিক অসি ফোঙদোকচৌ হায়না পীবীরকখি। অদুবু অরাবদি লাইরিক অসি ফোংদ্রিদৈদা শ্রীযুক্ত ওঝা তোমাল্লোদি ইং ১৯৭০গী জুলাই তাং ১০ দা মশাগী চহি ৫৮ শুবদা নোঙ্গাখ্রে। ওঝা অসিনা লৈরিদৈদা অরিবা লাইরিক কয়া অমস্থ শিন্নবী-রমই। অদুগা অরিবা মৈতৈগী লাইরিকপু নৈনবদা খুদোংচাবা

পীবিরম্বদি মালোমগী লৈখিদ্রবা মৈতৈগী য়ারী লিবা চোংথাম য়েয়া ওঝাগী থৌজাল্দগীনি। শ্রীযুক্ত নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ পণ্ডিত অচৌবা ওঝানা অরিবা লাইরিক অসিবু নৈনবীবগীদমক সুংঙাইবা ফোংদোকচরি। অসিগুম্বা ঐগী পাঙ্গম্না ফোংদোকপা ওয়রোইদবা লাইরিক অসিবু মণিপুর ষ্টেট কালা একাদেমীনা গ্রান্ট পীবিদুনা ফোংদোকপা ঙমহনবীবগীদমক একাদেমীবুসু থাগৎচরি। অদুগা অরাবা থৌদাং কয়াদা য়াওবীরবা ওঝা, মরুপ মপাং কয়াগী মফমদসু শিংঙমদ্রবা লমন কয়া অমা তোঙ্গরে। লাইরিক অসিগী মসুংদা অরান অশুই কয়া য়াওরম্বদা তাকপীরক্লবদি হরাও হরাওনা য়াথং অদু ওকচগনি অমসুং মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

তাং ১২/৩/৭৭ ইং। ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র
লমতা ২২ নি থাংজ। ককচিং খুলেন মখা লৈকাই।



# খল্লাং পারারী অহুইরোন



## নোললুকচবা

হৈয়ি চা হয়া হে কশা কোয়ৌ ইনোংখৌ মচিন লম্মরু অশেংবগী গুরু খৌজান মরিনকু, লাইজ ঈরেল পুংগুহনা, তাইবং নমু পোংওইব পুম্নমকী. থমোই লাইয়ুমমনুংদ, লৌশিং ফুনবগু-ননা, নোংফাই শিকামকুম পুক্লিং মুংঙক্রববু চেংলৌ মিৎথোঙ-পাঙগুম পুক্লিং অঙকপবু কোকহল্লবগ। পায়ম লৌশিং অথেংব; উনবী থমোই মিৎপুবীন, তাইবং পোৎশক অয়েপ্পা. থরায় মমিয়েলগী খোইয়ুম লাইফাও মরমলেন. য়াইবী তোমৌরি অশেংব চীংগু, মতিক অরুববু শংগু লেপ্পা উহল্লবগ। থরায় য়াইবীরেন নমিং মিংলেন অথুপ্পবু তানফংজহন্ন কশা গুরু কোয়ৌ ইনোংখৌগী সনা খুয়ায়েন খোয়রাং হীচেমরিব অনিমকপু, তয়ুম তাঙজ কোক কৎ, মালেম ফুবাক লৈদতু, শিঙলেন লৈশী লৈথোম্মা য়াথং

অহানবদা থিজিন্না পুরুমজরমবনে অসিসুঙ মদোমদে। তাইবং নোংশাপানগী নমু মীপোক য়াইকবা, থবায় চংখোনবা, মী মরু উনবি পুক্নীং শিংলব, কোয়ৌ নোংজা খুদিংগী খোয়ুম লাইনিং মহৌশা। চৌংঙু সামন লিকি থৌদা উনবি চাচনচেৎনা খমোই লাইনিং বাইথুংফমগী, খোয়ম লাইরেম্লন অতাঙবদা উনবি মচিনথৈ থবায় লিকিননা, খমোই কিশি লিরোন চেৎপা। পুক্নিং খোইন ফবগী নমু মী মতোন, থবায় মীপোক অতোনবা, অফ লমচৎ খঙদনা গুরু থৌগন লৈতবা, পুক্নিং বাখি নাইদবা, উনবি মনিং চৎপগী, থবায় পামু খঙদনা নমু মীপোক অতোনবা থবায় কনাগুম্বা অসিগুম্বশিংবু লংজ মথৈ লৈতববু পুক্নিং বায়ৌবীদন থৌজান ঙাকপিহৈবা। থবায় কনাগুম্ব য়াইবী ইংনা লৈতনা পায়ম "উনগোইমু"বু, উনথম লাইজ ইরিক লাইগুম চিকথোইর-বশিংগী সনা খুয়ারেনবুগু চাংজৌ চৈপ্না লোয়া হয় হয় পুরুম-জরম্লবগা পম্লৌ ইপা শাৎমাবগা পলেম' ইমা পোকমাবা অনিমক্না সনা মখোংথাবুংসু মালবি খুতপননা হয় হয় পুরুমজরমগে অসিসু মদোমদে। তাইবং, লৈয়োন, নোংলোন অহুম্মকী মবুংঙো; থবায় লৈবা খৈবিক্কী খোইরা লেমফু মরু ওইরিবা হরি তাইবং মপুরেল খোয়ম গুরু শিদবগী চৌংঙু মতিক চঙখোনব মতিক পান্দম লৈতববু তায়ম তাঙজ কোক্তাকৎ শিৎলেন লৈশী লৈখোয়া হয় হয় পুরুমজরম্লবনে অসিসুং মদোমদে।

খোয়ম তাইবং মপুরেল চৌংঙু গুরু শিদবা মহারা চকলৈ হাক্তক অকোনব অসিদ তাইবং নোংশাপামগী থবায় পুমমকপু

লানবিগে হায়রবগী, মালেম ভাইবংপানবা অসিদা নমু মীপোকলৌ কোনলোয় মমিংথোনবু মঙাং গুরুম্বেন খোয়ম লাইনিংসিং অনৌবা ও কৌনা কাওবিররুবগা ভাইবং নমু পোং ওইব পুম্নমক থমোয় লায়ুমমুংদা চীংঙু লাইনিংলেনগী ৱায়েন লমচৎ পুম্নমকস্থ থৱায় য়াইবি লায়মিং চীংঙু মিংলেন অথুপ্পা শিনকম মমুং চৎবনচিংন খোৱম পুম্নমকপু পুক্লিং লাইজি খোংনা নোংদম শানসেমবিরবগ। মঙাং গুরুরেম চিব মংলেন কোয়ব খোয়ম লাইনিংশিং অনৌবগী থুম্না থম্বান লৈখোঙখা অনিমকপু চাংজৌ চেপ্ন লোম হয় হয় পুরম- জররবগা। য়োইবরেন সেবক মপারি লুৱাং পোংলেন হনবা হোংনেম লৈকোইবগা, নোংম্লাই খুমন নিংথৌ অতোনব অনিমক্কী থুম্না মালেম লৈখোঙখাবুস্থ ভাৱম্না মাম্বি খুতপ্পনা কাওবি চীগলুরু পুরুমজররবগা। থৱায় নহাম্নোংগী পোইরৈ থম্লাং পাৱারী ইরেং পুপালোন লৈশিংশুবনা কোয়ৌ নোংজ খুদিংশিং থারিবগী ভাইবং পুস্নি ইৱাম্লৈ অৱাং শরু লুতুংলৈবু থিংলৌ নিংনা তেনা হোরেম শিব থঙঙমদ হয়েং নাব কনা উদনা পানব পুংনে। ভাইবং নোংশাপানগী পম্বৌ মপা মমানচিংনা মপারি মুংজানবা, মমোম মুংওনবী, মনোংম্লাই নাক্লৌশিনবনাচিংনা পাচা শাগৈ লোইন চায় পুম্নমকস্থ, চোইনৌ সনা লুপা, চরৈ কিৱাংচায় চিংনা, ভরা কৈদাংবস্থ চিঙ্গাক হাউথোইবনচিংনা মালেমদ লৈরিব অসি থৈবিকপু; হয়েং থমমুং লাংওননোং শরা পনকেননোংদ অমন ভাইরোয়নথিকদে। ভাইবং শিঙলেন অরেম্ব লৈরাং অতিংঙানে হায়ববু চেংলৌ মাঙদ থান শংশং মিৎনা উরিবনে। ভাইবং

নোংশাপান অসিদা নমু মীওইবশিংন নাহল লাংওন অময়ক্ত তৌজ লনওন ময়ীগী খোয়ম লনকু চৈরোয়ননা থবায় মমিয়েনগী য়াইবি লন্দান অশেংবনা বয়েং লাংওন অময়ক্ত য়াইফ মহৈ অথোইববু চাওথংনক্রয়ে হায়ববু তাইবং নোংশাপানগী পুম্বা খোয়ম লাইয়ি য়েক্তা হায়রিয়ে। মীপোক য়াইফব থবায় চংখোনব মী মরু থোইখোইবশিংনসুং গুরু মথং শম্না হায়রময়ে। ময়ম অসিগী-দমকপু থবায় ঐখোয়গী ইমিয়েনগী য়ায়ী অয়ীবা মালেম নৈলেহৌশৈ, নমু পোংশেম য়ানাচিংনা তাইবং নোংশাপানগী মীপোক য়াইফব থবায় চংখোনবশিংগী লমচৎ লাইজ ইরিক্লাই শেংখোইবা য়ায়ী অহুইরোন অচেৎপববু থজিক্ত য়াহমলক্কে।

থায়না নাহয়োং খোয়ম মশক অয়েপ্পনা ফাওবিরবা, মঙাং গুরু লাইনিংশিং অথোইবনা লুয়াং হোংনেম নৈকোয়বদ পাওহাক হুইথবিরম্বা য়ায়ী অহুইরোন অচেৎপ অসিবু নমু মীয়ামথুংনা নাতাজরবগা, পায়ম উনগোইগী পুক্লিং থুদুমচনদনা উনবি পুক্লিং লাকশিনঙমদরবগী, পুক্লিং লাংতক্লয়িবা অসিবু চেংলৌ মিকুপ মরমদা নিংদে হনয়াইনসে হায়বগী পুক্লিং লনপামজনা থোঙজম গৌয়াং মপায়ী, মপন পলেম মমা কৌবয়োন চনু পায়ম উন-গোইমসুংগী অহোং নৈরাং অতোনবনা মশানৌ নোংয়াই য়োইব চনু পঙ্করিনি পলেম পিথাঙশিম লাঙ্গোনবীদা য়াহমথিয়ে। হে শানৌ-পলেম পী-ওইনবীও, নংবু নশাবি ঐগী চৌনগোই ইয়া-থংবু উনবি পুক্লিং তপ্প নাতা-ও। তাইবং নোংশাপান অসিদা

নমু মীবু ওইনা পোক্লবা অসিবু তাইবং হকচাং অরেপ্পবু নত্তবগী য়োইময়াই লাইরেনা তাউদনবনা সুমিৎ শিঙওনখিবা খুদিংদা থোয়ম খমনুংঙানব মপু নিংথৌজাগী গুরু সনা মথোওখাদা চান য়াথং ললঙরুববু গুরু কোয়ৌ মনোংথৌনা পুক্লিং হ্রাউথোইনা পাওমেনবিরকয়ে। হে য়োইবরেন ইপারি নাউরা লাংজেংন-থোক্লকপ-ও শানৌ নত্তে ননাওগী কোনলোয় নপাওমেন অসিবু থোয়ম লাইরমলেন্দগী মহৈ লন্দান-থৌ অশেংবা মহাক্নে। পুক্লিং নপিংঙাগী অপাম্বা, থরায় লন্দানথৌ অশেংবা অসিবু থোরম য়ৈথাইববু লৈতনা, উনবি পুক্লিং থুংববু চৌংঙু তাইবঙ মপুরেম্ লেপ্ন ললকুবিম্নরো। হায়না অসুম য়াথং ললবিরবদা থোংজম গৌরাং মপারি পলেম মমা কোবরোন চনু পায়ম উনগোইনুংগী মপারি অহোং লৈরাং অতোনবনা পূর্ণ শাম অদোন নোংয়াই ওইনামচাদ। পোইরৈ খম্লাং পাবারী অরীবা নাহমোং থোয়ম লাইগী মপোক অশেংবা মতাং গুরুরেনগী পাওতাক বারম মাং-ফদববু গুরু য়াথং শম্না হুইথবিরম্বা। মালেম লৈরিংশৈ, নমু পোংশেম বানাচিংনা, নমু পোংলমচৎ মীরোন অহুইরোন অচেৎপবু লাইরিক শৈরেংবিও হায়না য়াথং থৌনেকবাগী অদোন নোং-য়াই ওইনামচ: পূর্ণশাম তরা শিল্লেরোম্বনা খম্লাং পাবারীবু খঙনববু হয়েং লাংওন অমরক্ত য়াইফ মহৈ থোইনবা, পোইরৈ খম্লাং পাবারী ইরেং পুপানলোনগী থোয়ম লাইরমলেন. বারী অহুইরোন নমু পোংলমচৎ নিংথিববু লাইরিক শৈরেংজরবদি তাইবং নোং-শাপানগী নমু মীপোক য়াইফবা মী মরু অথোইবশিংগা নমু মীয়াম

থুংনা নাত্তাবিরবদি য়াইফ মহৈ অথোইবগী মচৎ খজিক্তবু ত্তানফংজৈঙনে হায়না অস্থুম পাওমেনলকপবু মশানৌ খয়োইরেন পঞ্চরিনি মুঙ্গা পলেম পীথাঙচিনবীনা পাওথুমজরকয়ে। শাবি কোরৌ ইনোংথৌ মোমনু থোইব ইৱাংমৈ পন্থৌ পাথাঙশিন্না লাঙ্গোনব ও! শাবি চিনগোই নয়াথং থৱায় য়াইবিরেনগী মহৈ লন্দানথৌ থোয়ম লাইরমলেনগী থোরম অওকপবু পাও:মেনলকপা অসিদা নশানৌ ঐনা মাইৱাকন লৈত্তনা শাবি হৈনা নত্তুং ইম্না শংলৌ থৌরাংজৈঙনে। শাবি নংগী য়াইফ মহৈ লন্দানথৌ পুক্লিং অপাম্বা অসিত্থুম উনবি য়েথায় লৈত্তনা থোরম অপাঙববু পোইরৈ খল্লাংবা লাইনা লেপ্পা লনকুবিস্থনো। হায়না অস্থুম উনবি পুক্লিং মায়না ৱাত্তানরবগা, মথোয়গী কশা লাইওইনরিব ত্তাইবং মীপোক য়াইফবা থুকৎত্তানা পোইরৈ লাইরিক অরি-বশিংদা মালেম লৈশেমথৌ নমু পোংলিং-রা থোয়ম লাইরম্লেনগী লমচৎ ৱায়েন নিংথিবা, ৱারম চাইনা থম্নম্বশিংবু শৈথিজরকে। ৱারম ময়োং চানদনা য়াথং ত্তেংথা পাংশোই নিকপগী অয়োন মখৈ লৈত্তববু হে ইবুংঙো অহল গুরু থোয়ম লাইগী মত্তম মানবা মীরূপ লেংনা ত্তিনবা চৌংঙু লাইবক ফবা নখোয় পুক্লিং লাইচা ইচিক নহৌশা থৌজান ঙাকপীহৈবনা লঙজ অয়োনববু লৌবিদনা হন্না হন্না ঙাকপিরম-ও। তয়ম চৌনগোই ইৱাকমদি থাইনা লাহননোং মঙাং গুরুরেন অথোইবনা ন্নুৱাং শলাইহনবা হোং-নেম লৈকোয়বদা পাওত্তাক শমথবিবা মালেম লৈহৌশৈ নমু পোংলিংৱাবু য়াথং অহানবদা ৱাহমজরকে। উনবি পুক্লিং তপ, চৌমগোই লাইমিং শোমা ত্তাবি-ও।

# ঝায়েন, লাইনীং, লমচৎ

(লুৱাং কুচুবনা মঙাং গুরুদা হংবা)

থাইনা নাহন্নোং নোংবান মীপোকয়াইফবা লুৱাং কুচুবনা গুরু কোৱৌ মনোংথৌ ঙানবা মংলেন কোয়বগী সনা মথোঙখাদ শমু মখুৎ লোন্না পাওহংজখিয়ে। হে ইবুংঙো গুরু কোৱৌ ইনোংথৌ, নাহন্নোং ইয়ু নোংবান শল্লাইহনবা হোংনেম লৈকোই-বদা· চৌংঙ, মশক অৱেপ্পনা ফাওৱাবা, মঙাং গুরুৱেন থোয়ম লাইগী হকচাং অঙাঙবনা মালেম তাইবংপান পুম্নমক অসিবু য়োইওইৱকচৈঙগী ঝায়ম অয়াম্বস্থ তাইবং নমু পোংওইবগী য়াইক মথোইতোংনবা চৌংঙ, লাইনিংৱেন লমচৎ ঝায়েন নিংথিবা মৱম-শিংবু পাওতাক শমথবীৱম-ও। ইয়ু হোংনেম লৈকোইবগী চৌনগোই মপাওতাক্তি মঙাং গুরুৱেন অথোইবগী পাওতাক ঝায়ম নিংথিববু গুরু থৌজান নৱনকুদগী নাতাজনিংয়ে। হায়না অস্থম পাওহংজৱবদা গুরু কোৱৌ মনোংথৌ ঙানব মংলেন কোইবনা থৌজাল পুক্নিংপিনা ঝাহমলকয়ে। তা-ও হে, লুৱাং কুচুবও, নাহন্নোং নয়ু নোংবান শল্লাইহনবা হোংনেম লৈকোইবা. থোয়ম লাইনিংশিং মঙাংগুরু সনা মথোঙখাদ য়াথং পাওহংবা, মঙাংগুরু

মপাওতাকপু খজিক্ক ন্বাহমবিন্নক্নে। উনবি পুক্লিং পিনা নাত্তাজৌও। থাইনা নাহমোং খোয়ম লাইপোক অতাঙবনা ফাওন্নবা মঙাংগুরু লাইনিংশিং অথোইবদি কংলৈ পুংময়োন মন্নাই থিংক্রু চৌংগী কোম্নুং পনবাল মাইগৈ লিক্লম পাংবা লমগী, শিমন্নী ঊমং নিংথিবা কোয়ৌ নোংলুপানগী লুপা চুদানবনা নিংথি মথৈ লৈতবা, খোংনাং উপান চাওথোইবা তন্না উপুন্সি নিংথিবগী, পামেন উংগোঙখা অচিকপা, ত্তিংথৌ শংথাং হেনবনা, সনা লিকক থাগুম, উনবি পুক্লিং হুবদো, পুক্লিং মন্নাং কাম্নবা, ন্নোইবন্নেন সেবোক মপান্নি নম্ন লুন্নাং পোংলেন হনবনচিংনা, হৈরেম মোইন্নান্বস্নুং, থুঙ্গান লকাবস্নুং, মালতিং কুচুবগা, কমবোং মহা-ন্নাবস্নুং, মীপোক ন্নাইফবা তন্নেৎমক্কা ন্নোইবন্নেন নাকলৌচিন থৌথন ন্নোইথোন থোইনা ফমফম্লিঙৈদ, নম্নু হোংনেম লৈকোয়বনা মালেম ফুবাক লৈদতু শিঙলেন লৈসি লৈথোন থোইনা ন্নাকৎ-চথিন্নে। হে-ইবুংঙো কশা কোন্নৌ ইনোংথৌ তাংজ কোকথক্কী লিক্লাং ন্নাইমরু শিদব-ও। গুরু ন্নাইবিন্নেন অথোইবা নংগী নতিক লাইজ ইন্নেন পুংগুম শুপথোইবা চাংজৌ ঙমথৈ নাইদববু, নতিক ঙমথৈ লৈতববু কনানা হাইঙম্নগবনো? ইবুংঙো কশা নিংথৌ অথোইব নংনা চক্লে কোম্না চক হাক্তক অকোনবা অসিদ নদাই-ন্নেম তাইবং নোংশাপানগী থন্নায় পুম্নমকপু লানবিগে হায়বগী নোংজেং ইমরুদ পলেম পীনাইদ, পন্থৌ পানাইদ নমু মীবু ওইহ্নুনা কোলোই নমিংথোনবু মঙাং গুরুন্নেন খোয়ম লাইনিংশিং অনৌবও কৌনা ফাওবিয়ক্লবগা। তন্নং লাইজ তন্নংসু ঙমথৈ পান্দম নাইদবা

অসিগ পব্বায় মায় হিবু ওইহনবিগে হায়বগী অদা উপান শিনববু ওইনা শাজকোংবিরবগা। তাইবং নম্ নীওইরিবা থৈবিকী মাইথি থবায় শাগ্রবৌ থবায় শাপ্পানবৌ অগেংথ, পোংশক অমি অমব শিনকন মঙ্গুং চনববু হাক্তক অকোনব অসিদ লিংশিং লাইফিবৌনা নৌংনম শ্যানশেন্নীবব, হে ইবুঙো নংগী সনা নথোংবা তাংলৌ থবাদ মানব অনিদ তঙ্গুম তাংল কোকথকী বন বন পুক্সমক্তবকপনে। কথা গুরু ইবুঙো মচিন লম মরু অথোইব, চোইনৌ শক্তিকুম মালেম নৈতুব নংনা, তাইবং নোংশাপাল থবায় বিংশা পাল্লিব থৈবিক্কী নাকম্ন ফিগ্নানব থোইজি মিগঙ্ঘা নাম্না যোবজেল্লিবী থৈবিজ্ঞা পাংগন চৈশৌ ওইবিবিব। তাইবং লেযোল, নোংলোন তরানরিমকী কথা ম্রাইনিংথৌ হি মরু মাইকোলগুংবগী মিরেন থা মথোনগুব নদাইরেম তাইবং থবায় পুমনকী, মইবি তোমোবি থোইবাংবী মচৌনগুম থুমথোইববু নোংদম শানশেমীতুনা থবায় বিংশা পাল্লিবা থৈবিকী অথোই নৈকাম্পুবদ থৌজান শিনব থুংনা নৈমিরে হায়বগী কোলোই নমিংথোনবু মতাং গুরুরেল থোইযুব লাইনিংশিং অনৌব-ও তৌনা কৌনবিরে। নতিক লাইজ ইঙ্কি-লাইগুব চাংলৌ তমথে নাইদবু কনাল শানথংতমপবনো থংতমলোইরে। তাইবং নৈথোন নোংলোন তরানরিমক অসিগী বাবন পুমনকপু হে ইবুঙো কথা মাইকিংথৌ অথোইব 'মংগী শমু মাংদ থান থংলিব মথেমে। তাইবং নোংশাপানগী কোনৌ নোংমথা, মালেম নৈনেমথক অসিদ পাহ্নোং চৌংঙ্, নোংদম মরাপেন্দগী থোইযুব মালেম নৈথেমব চী[illegible]শীবনা তাইবং

লোংথাপাব অসিবু থাবথেম্নবদা মমু পোংবচানচিংনা থবাব মথক-মাম্ব নৈবিব অসি থৈবিকপূ মতৌ কয়ম তৌনা থাবথেমনো? নৈপাক কৈথোম মথীং লাকওমদম মালেম নৈনিংথৌবু পাম্ব কৈথোম লমপ্যাক লিংলিবা অসি থৈবিকপূ নৈপাক নিংথৌ পাব-বগী খোইয়ুম লাইনিং মহৌশা শাগৈ হৌব মরমচৎস্তু তাইবং মীপোক মাইকম, মী মরু খোইথোইবশিংগী খোইয়ুম লাইনিং মহৌশানচিংনা বাম্বেল লমচৎ পূম্বমকপূ মালেম তাইবংপান পূম্বমকী কৈথোম নৈপাক তোঙান থাম্বনা নৈবিব অসি থৈবিক মতৌ কয়মতৌনা নোংদমবিম্নকপনো? — মরম অসি থৈবিকপূ হে ইবুংঙো গুরু অখোইব-ও খোঙান মরনকূদগী নাতাজনিংয়ে। বাবম কৈথোম লাইদনা পাওতাকপিও, হায়ব অন্নম মালেম ফূবাক নৈদ-তু চাংথৌ চেপ্পা লোম্ব বাকৎচবমদা। চৌংথু মথাওন অরেপ্পনা কাওমবা মতাংগুরুম্বেন খোইয়ুম লাইনিংশিং অনৌবদি সুবাংপোং-লেনহনব হোংনেম নৈকোইবগী কোনলোই মপাও-হং খোগব মাথং অথেংববু উনবি পূক্নিংশিনা নাতামবদা খোঙান পূক্নিংশিনা চৈরোইনমা পাওমেম্নকই। হোংনেম সুবাংনিংথৌ নোংবাব শল্লাই হনব-ও। নংগী কোলোই নপাওহং অসিবু মতাং ঐনা চৌংথু নোংদম মমাবেন্দগী মালেম নৈশেম্নবগা তাইবং নমু পোংশেব-লক্কনবী মতিক অকুববু পান্দম মপা থজিক সুবাং নচোন্দা বাহমবিমকে। উনবি পূক্নিংশিনা নতাজৌও।

# "মালেম তাইবং শেম্নকপা"

থাইনা নাহম্নোং চৌংথু তাইবং মপুরেন খোইয়ুম গুরু শিদবা হন্নি নোংদম মহাপ্রলয়দগী খোইয়ুম মালেম লৈশেম্ন চৌংথু অশীব লাইরিংথৌনা তাইবং নোংশাপান অসিবু চোইনৌ মনা চৌংনা চিংনা মালেম লৈশেম্নে। কোন্নৌ নোংহৌরবদ পন্নিং লাংশংদুনে কৈদোম ঙবথে মাৎ চৌংথু চৌংবাও খোম লৈশাক কৈদোম কাখল মরোন অয়াবদু শানশেম্নবগা চৌংথু গুরু নামুংবনা তাইবং মযু পোলিংযুকপু ওইশিন্নক্লবদ খোইয়ুম মপারি চৌংথু মালেম লৈশেম্বদ মাহমলকয়ে। হে পারি মালেম লৈশেম্ব-ও খোয়ুম লাইগী যুকপু মবৈ ছইনা হন্নিচক অহানব মযু পোংলিংযুকপু ওইরক্লে, তাইবং খুল্লিংনবদু মযু পোংশেম্নরো হায়রবগী খোইয়ুম অশীবদি মপন মাথং লুপথোংনা তাইবং মযু পোংলিংগে হায়বগী চৌংথু লাই-কংথৌ খোয়ুম মায়গৈ তাকপা নিপানমকপু মযু পোংলিংকোন্দ কুমহনলবগা মায়গৈ খুদিংদা চুপশেং পনতাক ওইনা তাকহনখি হায়দবরা। চৌংথু মালেম লৈশেম্ন খোইয়ুম অশীবদি মপন গুরু শিদবগী মনা মাথং লুপথোংনা তাইবং পোংলিংনবা মযু পোং-শেম্নবু পোৎশক অয়েন্নবু ওইতমদনা খবার মশক তোঙানবদু ওইখিরবদা। চৌংথু মালেম লৈশেম্নদি অনৌবা খোয়ুম মথৌ-ম্নাংনা মযু পোংশেম্নবু মযু মীগী মশক অয়েন্নবু ওইতমুদনা খবার মশক অয়াবদু হনা হম মওইখিরবগী খোইয়ুম মালেম লৈশেম্বা চৌংথু অশীবদি মপন গুরু নামুংবগী মনা মথোংথাদ মখুৎ লোম্ননা

শুনা লেঙহল্লক্লে। পূকম্নুং নাওয়োম মচুনাচিংনা লৌশিং পাঙ্গন পুম্নমকপু মিৎয়েং নাওশুম্বা, থোম্লেন তুবগনবা নোংব্যান মিকপ থোকপনচিংনা থোঞ্জেল য়াইবিরেন শিদবম্নু পোংথু নমু মী-হক-চাং থাইজেং পাংশোই নাইদনা নোংদম শানশেমবিরকপা নমু মীওই চংথোনব পোংশক অবেপ্পবু নমু পোংবুম মাপন শুনা শানশেমবিম্নক্লে হাযদবম্না। নমু কোনলোই য়মিংথোনম্নু, চৌংঙু মিরেন মশক তম্ন, শানশেমলকই হায়বগী মী ও তোনা কোরে। হে নুবাং পোংলেন হনবও নংবু উন'বি পুক্লিং তম্না নাতা-ও। মতৌ অম্নুম তোনা শানশেম্নবদা, চৌংঙু নোংদম হানবনা পোংথু নমু পোংবুম মাপনমকপু হম্নিচক অহানবা নমু পোংলিংযুকতা তাইবং থুলিংনবু চোইনৌ সনাচৌংগী মায়কৈ ফৈদোম থা-থংব লমদ কুমহল্লক্লে হায়দবম্না। পোংথু নমু পোংবুম মাপনমক্তি চৌংঙু নোংদম মবায়েম্ন চোইনৌ সনাচৌংদগী মচু লিক্লা শিন-থরপা, মালেম লৈবিক লৈহাউ অথুম্নবু চাম্নবগা, ময়ান য়ুম্নাই তম্না য়াঙ্গোইববু মদোম নোংশাংকুইনা চহি অক লাখা তম্না শুনা হৌথিরবদা। নমু মীয়াম পোক্লা য়ামশিল্লক্লবগী তাইবং নমু পোংবচা পুম্নমক্তি লৈপাক ফৈদোম তোপ্না থায়না মালেম থুলিংথিববু লৈপাক মশাং থীঙমদনা য়ামশিল্লক্লে হায়দবম্না। নাহমোং চৌংঙু মালেমশেম্ন থোইয়ুম অশীব লাইনিংথৌ, মালেম তাইবং পানব চোইনৌ সনাচৌংগী মায়কৈ থা-থংবলম লৈপাক ফৈদোম চাওকোই মরাকলেনবু থোইযুম লাইগী বাংলেন যুম্নক লথামকৈ য়াঙথৈ পাক্ল চাওরিব অসিবু মালেম ঙমথৈয়াৎন লৈপাক ফৈদোম

কাখল মরোন ম্নাপ্ন শানশেন্দীৱম খৈবিকপু ফৈদোম কাখল হাং-দনা লৈপাকনিংথৌ পান্দুনা মাদেম খুলিংনরকপবু লৈপাক মনিংপন নিংথৌ মশীং লাক্ক কনান থীওমলগবনে থীওমলোইয়ে। অসিন্থ মবোমদে তাইবং নোংশাপান অসিদা মাদেম মনম শিম্ন লৈরিব চীংদেন পল্লংলা অপিক অচৌ খৈবিক্কা নাপোম চীংশ্যাংকোন, কৌবা চীংলেন নাকপক লোইনা খুন্দারিব, লোইবী হাওগী শাগৈন্থ খুজং মরুপতৈনা লিংববু অক মশীং থীওমদব মপৈ লাখা লাখা কয়াম্নকুমবু ম্নাম্না লৈরিয়ে। তাইবং নমু পোংবচা লৈপাক খুজং মশীং থীওমদনা লৈরিবা অসিখৈবিকপু চীংও নোংদম মবায়েম ফৈদোম লৈপাক খুদিংবু চরৈ কিশেৎতৈনা কোলোই ম্নাখং মীয়োন তিম্নদ হৌন মরমচৎন্থ মখল নাই, খোইয়ুম লাইনিং মরমচৎন্থ বায়েল তোওান খাইনা নোংদম শানশেমবিরময়ে।

## "অমত্তা ওইবা থবায়"

হে লুবাং হোংনেম লৈকায়ব ও নংবু লৈপাক কৈদোম খুদি গী নমু তাইবং মীওইব খৈবিক্কা, খোইয়ুম নোংদম মবায়েন লৈপাক মহৌশাগী শাগৈ হৌন মরমচৎপু হাক্কক মজম খুদিংগী বায়েল লাইনিং কায়হন্দনা খোইয়ুম লাইবু নিংনরকয়ে। নমু মীপোক ম্নাইকখা, মী মরু থরায় চংখোনবা, উনবি পুক্লিং শেং-বনা খোইয়ুম লাইনিং চেৎপশিংদি লাইনিং মহৈ পাম্না তাইবং নোংশাপানগী তৱং লাইজ ইপাকলেন ওমথৈ পান্দম লাইদবা

ইরৈ চাওকোইনুং ওমথৈ পান্দম নাইদবা অসিদগী লাইজ ইরাংমা, লাম্না কমবি অমকপস্থু লৈতনা থুডম হনফদববু লেপ্না তানকংজরুই। রারম অসিগীদমকপূ তাইব নোংশাপান অসিদ নমু মীবু ওইনা পোক্লরবা অসিগী রাইক মতিক অথোইববু, মতিক কনানা হায়ঙম্লগবনো? খোইযুম লাইনচিংনা, থরায় লৈবথিবিক্রস্থ নমু মীপোক অথোইব অসিবু পংনা তানফংজব ওমদবনে হায়নববু রারম তাংনা থংজৌ-ও। তাইবং নোংশাপান অসিগী মালেম মনমশিন্ন লৈরিব নমু পোংবচা পূম্নমক অসিবু, থরায় মশীং অক লাথা মপৈ কয়ামরুমবু থীঙমদনা। রামলিবা অসিবু হেম্না নমু পোংবচাবু নত্তবা অপক মথধায় মশক ওইনা লৈরিবা অসিনা শরুপ মপৈ থীঙমদনা মপৈ কয়াবরুমবু থোইনা রামথরিয়ে হায়বু চেংলৌ মিৎনা উনা মরৈরিরে।

হে লুরাং শল্লাই হনব-ও। নংবু উনাব পূক্রুং তপনা নতাজৌ-ও। মালেম তাইবং পানব অভিংঙা কোরৌ নোংলোন পাইনা লৈরিবা চেক্লা শীতল চম্ন পোনবি মশক ওইরিবা পুম্ন-মকপু, খোইবী খোইরেম্মচিংনা, লাংবন খোইশক অয়ামবস্থু, হয়িং পেংলোইনাই, তুমিৎ, কাংনচিংনা থরায় অসি থৈবিকনা তাইবং নমু মীওইববু শরুক মপৈ অয়াম্বনা থোইরিয়ে। মালেম তমপাক লৈনেমথকতা শামু মথোং মরি পাম্ন রাজোইরিবা লাজোই শপোল শামুনচিংনা রারৌ শা-ওইরিবা শারেন মশীং থাঙমদনা মপৈ খৈবিকপু মালেম লৈরোন চংনা রাজোইরিবা চীংলাই

তম্লাই, হংকোক নাম্বিম্লচিংনা তাংজ লিল খৈবিকস্তু ম্বাহি মম্নু ককচেং খোইম্বা, তিনবী তিম্পু্রাক তিনখোং লাইশম্বা তিললি মশক অম্বাম্ব অসি খৈবিক্র তাইবং নমু পোংবচাবু শরুক মপৈ থৌঙমদবু কম্বাম্বরুমবু খোইনা ম্বামলিবনে। অসিম্ব মতোমদে মালেম তাইবংপানগী তরংলাইজ ইপাক্লেন অচৌবনচিংনা ভুরেন লাইজ ইরম চেনলিবা অপিক অচৌ খৈবিকস্থু, মালেম মনম শিম্ন লৈম্বিব পাৎলেন অচৌবা, কোল্লেন অস্তপ্পা, পাৎতোন কোম্পোন পুম্বমক অসি খৈবিকী লাইজ ইরোনম্নুংদ মরান ম্বাং-পোইম্বিবা তালাইরেম্নচিংবা তাপী তারুম শরেং তারেপ পুম্বমকপু থম্বাম্ব মশক অম্বাম্ব লৈবৰু মতিক কনান হায়ঙমলগবনে। তাইবং নোংশাপানগী কোরৌ নোংলোনপাইনা লৈম্বিবা, মালেম তমপাক লৈনেমথক্কা শমু খোংনা চৎনা ম্বাংগোইম্বিবা থম্বাম্ব মশক অম্বাম্বস্থ তাইবং নমু পোংবচানচিংনা থম্বাম্ব অসি খৈবিকপু শরুক মপৈ অমতবু ওইনা পৈবৰগা ল'ইজ ইরোনম্নুংগী থম্বাম্ব পুম্বমকনা মপৈ শরুক অমা ওইনা লৈম্বাং পান্দমনম্বস্থ খোইনা ম্বাম্বনে। মালেম লৈপাক পানবগী কোরৌ নোংলাংপ্যান, মালেম লৈনেমথক, লাইজ ইরোনম্নুং মালেম তাইবংপানবা অসিদ লৈম্বিব থম্বাম্ব মশক অম্বামব অসি খৈবিকপু খোইম্বুম তাইবং মপুম্বেন হম্বি মঙাল অম্বাবগী থৌজান শিনবা থু'না চংলিবা মশেম্বে। মম্বম অসিগীদমকপু তাইবং নমু পোংবচানচিংনা ম্বারৌ শা পোনবী উচেক থম্বাম্ব মশক অম্বাম্ব অসি খৈবিকপু থম্বাম্ব নিংশা পাম্ন মিৎ, নাকোং অচা অথক নিংথি মুংঙাই হরাও মুংশিবা

অখোক অচং খোনজেন য়াইবিরেন শিদবা নমু মীওইরিব অসি খৈবিক্লচিংনা থবায় মমিরেনস্থু মতৌ পোৎশক অমত্তবু ওইনা অস্থম নোংদমবিরময়ে।

## “মুৰাপল্লিগী মতিক অৰুবা হংবা”
## (মৈতৈ লৈপাক)

তৌইগুম চীংঙু নোংদম মৰায়েম কৈদোম লৈপাক খায়হুনা শাগৈ শল্লাই নাতৈননা শেম্লবগীদমক কৈদোম লৈপাক খুদিংগী নমু মীওইব খৈবিক্ল লমচৎ মতৌশাগী শাগৈ হৌন মরমচৎ খোইয়ুম লাইনিং মরমল্লেনবু উনবি খুৎপাইচেৎ ৰায়েল লমচৎ কায়হন্দনা চেৎনা খোইয়ুম লাইনিংনরিয়ে। হায়না অস্থম ৰাহমলবদা লুৰাং হোংনেম লৈকোইবনা অনৌব শমু মথুৎ লোয়না পাওহংজরকই। হে ইবুঙো কশা কোরৌ ইনোংথৌ অখোইব-ও। গুরু নথৌজানগী মালেম তাইবংপানব পুম্নমক্কী শানশেম্লকপন-চিংনা, লৈপাক নিংথৌ পাল্লিব খৈবিক্কী লৈপাক মহৌশা, খোইয়ুম লাইনিং মরমচৎকী ৰায়েল লমচৎ মথাই পুক্রমক্তি নাজাজরে। তৌইগুম কংলৈ মম্লাই পুংখোইরেন মম্লাই থেংক্রুচীং মুৰাপল্লি পুংময়োন অসিগী লৈপাক মতিক অরুববু ৰাহমবি-ও। লৈপাক মহৌশাগী খোইয়ুম লাইনিং মরমচৎস্থু ৰায়েল মথাই করম্বনা থোরম অওকপবু ওইনা খোইয়ুম লাইনিংনরকপনো? হায়না অস্থম পাও হংজরবদ মঙাং গুরুরেন খোইয়ুম লাইনিংশিং

অথোইবনা পাওম্বেল্লকয়ে হে লুবাং শলাই হনব-ও নংবু উনবি পুক্লিং তপ্পা নত্তা-ও। কংলৈ ময়াই শুমদোংপান মুবা পল্লি পুংময়োন অসিগী লৈপাক মতিম অকুবব্রু থজিক্ক বাহমলকে।

## "লাইনিং লম্বী"

নাহম্নোং চৌংঙু নোংদম মপুরেম মালেম লৈরৈত্ত, কোরৌ নোংলৈত্তনা, অত্তিংঙা তরং ঙমথৈ নাইদবনা য়েত্তলৈ ওইদলৈ পান্দম লাকঙমদনা থোইরা লিহৌ থঙদবা অত্তিংঙা পিবুক য়াকোনম্নুংবু থিরেন উংলৈ মথোং লৈনা হাংন চৌংঙু মঙাল অরাববু কজেং নোংথাং চৈরোইননা য়াবা থোননাইহল্লকপা য়াইবি মরু লিনফুগী থোইরা য়েনহৌ অহানব লাম্বিংথৌ। মালেম তাইবং পানব পুম্নমকপু চৌংঙু পায়ম উনগোইম্নুংদগী থোইয়ুম মদোম শন্দোকলকপা। চৌংঙু নোংদম মবায়েম তাইবং নোং-শাপান মরোন পুম্নমক অসিবু চৌংঙু সনা তুথোং থুদিংদা লাক্কা লাক্কা য়োইওইহৌনা মালেম লৈশেমলকপা. কোরৌ নোংহৌ-বিরকপা লাম্বিংথৌনা নাহম্নোং মালেম লৈশেমলকঙৈগী পরিং লাংশং পুম্নমকপু সনা য়োইকোনম্নুং অসিদ শুপ্পা চিংশিনবি-রমলে হায়বগী কংলৈ ময়াই শুপত্তোংপান মুবা পল্লি পুংমন্নোন-ও তৌনা কৌই। কংলৈ লৈকোইরেন অসিবু চৌংঙু লাইরেল তাওরোইনাই পাফলপিল্লানি'থোগী তাংজ লুরেনতোনগ শম্ মথোং-দোন অকুইবনা তুবি মথোককৈবু লৈরাংশান থরাই লাইজম

খনগুম শানশেম্লবগা লাইরেন মথৈভোনবু পাকন ম্লাদ চিক্ল মালেম লৈশেমপুংনে। লাইঙ্গ ঈনামুংনা তুরেল থাঙদোং মথেক-স্তুনা কংলা নোংলৈয়াংবু কোয়না লাইজ ঈচেনথবিয়ে হায়বগী ময়াই খুনবিরোক কোনমুং অচনব-ও তোনা কৌয়ে। চীংঙু মপুরেন খোইয়ুম গুরু শিদনা মঙাকন সনা ফমবল্লাং অসিদ ভোংনা মালেম লৈশেমলকচৈঙদগী মথৈবু সনা ফমবাল্লাং অসিবু ফমবি ভোপ্ন হোংহৈদরে। মালেম লৈথুনমুং অহোব অহুবু লৈথুন থোঙশোইক্দবনা নাহম্লোং মালেম লৈশেমলকচৈঙদগী হৌনা হয়ি, খুমং লাংবচাক চক মরোন খুদিংদ সনা মেল্লাংচান অসিবু নিংথৌ মরোন খুদিংদ সনা মেল্লাংচান অসিবু নিংথৌ মরোন হাঙদনা নোংদোন ফমদোংফমনে হায়দবরা। কোনমুং পনবা-ল্লেনগী মায়গৈ নিপানমক্তস্থ উমং লাইফম নিপানমকস্থ শান-শেমবিরকয়ে। নিংথৌ কাংব মহাকথক্কী হৌনা খোইয়ুম লাইনিংফমনে হায়দবরা অসিস্থ মতোমদে খোইয়ুন মায়গৈ ঙাকপা নিপানমক্কী চৌংলেন মকাইফম নিপানমক্ল লোইরেন খুনবিরোক সনা লংবচৌংগী ফালথোং নিপানমকপু ওইনা শানশেমবিরম্ব চৌংলেন শুংদাই ভরাভরুকমক, চৌংলেন শিংখায় হুম্ফুমাথোইমক অসিথৈবিকনা কংলৈ পুংময়োন পোইরৈ সনা লৈকোইপুং অসিগী কোনমুং পনবাল চাওকোইরেনবু ওইনা শানশেমবিরমব মালেম লৈকোইরেনগী লৈকোই পানিরেল লৈথোং লিনফু মরারেন অরেপ্পনে হায়ববু লেপ্না শামথংজরো। অসিগুব মুবা পল্লি লৈম-রোম্দ য়োইবু খোইয়ুম লাইরৈমা শিনবি লৈমা লৈতং নিংথৌচমু

পায়ম সনা উনগোইন্নুংগী মপারি নিংথৌ কাংবা য়োইরেনবনা হয়িচক অহানবদা হায়মালেম লৈনিংথৌবু ওইরকপনে। চীংঙু তাইবং মপুরেন লৈপাক মরমচং হৌনবগী ৱায়েন মথাই পুম্নমকপু চীংঙু নোংদম মতুং ইন্না নমু মীওইবা থৈবিক্লা, থৱায় মমিরেনগী য়াইফ মহৈ ওইনববু উনবি পুক্নিং চেৎ ৱায়েন লমচৎ কায়হন্দনা। চীংঙু মৱায়েন্দগী খোইযুম লাইনিংলেনবু চীংলেন খোঙহৌ মরুগী থম্বাল লৈরোই মতুংইন্না খোইযুম মিংলেন শিদব মিংলেন ময়েক ৱাংহন্দনা চীনগোই লাইমিং শোন্দুনা য়াথং ৱাচুমসুব উনবি পুক্নিং লেপ্লবু মরান য়ুম্বুওইন য়াইবি থৱায় ঙাকন পুক্নিং লাইজ ইরিকলাইগুম শেংথোইবনা, চৈরে কিজেৎ ওইনরকপা উমং লাইফম নিপানমক্তুগী লাইফম মতানববু থম্ম চীংঙু অতিংঙা শিদবা মফাক্কী সনা মখোঙথাবু খোইযুম লাইনিংনবক্তে হায়দবরা। হে লুৱাং পোংলেনহনব-ও হয়িচক অহানব অতুদ মুৱা পল্লিসনা লৈপাক্কী খোইযুম লাইনিং মরমচৎপু চীংঙু অতিংঙা শুরু শিদবনা তাইবং মীপোক য়াইফব থৱায় চংখোনব, মী মরু খোইথোইব, মী মচং অশেংব, মী মম্মাই শিদব মরিমক্কী নাকোং খোঙজাওরেন্দ চীংঙু মিংলেন শিদববু পায়ম নিংশা চৈরোয়ননা লাইজ ইহুনবিরবগী লাইনিং লমচৎ ৱায়েল মথাই অয়াম্ববু অসুম পাওতাক হুইথবিরমই হায়দবরা। অসিসু মদোমদে হয়িচক মথংগী থুনুংচক য়াইমবদ নমু পোংবচাথৈবিকন খোজান চৈরোইনদুনা পিজবদা পামুব লৈত শিথোকথিবদা হম্মা য়েংদনা থৱায় পুম্নমকনা শাগৈ লমচৎ ঙাকপা, উনবি পুক্নিং লেপ্পা,

য়েক্ল পাওনাইদনা লিংজেন তিংখং পানববু শমু হকচাংদ পক-হন্দনা হুল্লানথোক্লবগা খোইয়ুম কোলোই মমিংলেন মিংলেন অথুপ্পবু চৌনগোই লাইমিংশেল্ল উমংলাইকম মতানবদ উনবি খুৎ-পাইচেৎনা খোইয়ুম লাইনিংরকয়ে শায়দবরা। খুমুংচক মথংগী লাংবচক য়াইমবস্থ নমু মীওইবগী খোইয়ুম লাইনিং মরমচৎনি য়াথং বাচুম লেপ্প নমু হকচাংশেংব থবায় নিংশা পাল্লিব খৈবিকপু য়াইবি থবায় ভাক্ল সনা লনওইনা পিজ পামুদবনা অরা চাওইননা পিবদা হয়া য়েংদবনা চবৈ ফিজেৎ ওই উনবি পুক্লিং অঙাকপনা থবায় মথিরেনবু ওইনা চৌংঙু কোলোই মমিংলেন মিংলেন শিদববু শোয় অতিংকোক গুরু শিদববু উনবি শামন লিকিননা খোইয়ুম লাইনিংনরে। কে হোংনেম লৈকোয়ব-ও নংবু উনবি পুক্লিং ভপ্প নাতাজৌ-ও। চকলৈ হাক্লক অকোনবা অসিদদি চৌংঙু গুরু শিদব মহাক্ল ক-নিংখৌ অপানব নোংদলাইরেল পাখংবগী লাইনিং মরমচৎ হৌনববু নিংনরক্লে। খোইয়ুম লাইনিং মরমচত্তি মরান মোংব য়ুমশেংনা শমু হকচাং মকহন্দনা উনবি পুক্লিং লেপ্পা কোনলোই য়াথং চুম্ববু য়ায়বৌ থবায় ভাক্ল চৌনজাক শেংন চাব মরান মোংব ময়ুম নাইব তালোই লুমদিনথোবু পুকনিং খেংগোই-নিংলব মতৌ নেমন চৎপগাথোরম নিপানমক অসিবু চৈরোইননা গুরু সনা মখোঙথাবু পুকনিং তৎপা নাইদনা নিংজরববগা ; উনবি পুক্লিং য়াংব, কনজাও ইথক হৌব, নমু মীরন পাম্ব, উনবি পুক্লিং ভাকপা ; মাপন ময়াই কাব, মুংখুম চবৈচনবা, য়েক্ল পাও-নাইচেনব, লৌশিং লাংসেম হৈবনচিংনা পুক্লিং মরম অসি খৈবিকপু

হল্লানখোক্লবগা কসন। মপুরেন নিংথৌ অপানববু খোইয়ুম লাই-নিংনরক্লে। হে লুবাং পোংলেনহনব-ও! নঙোন্দ মুবা পল্লি সনা লৈপাকী লৈপাক মতিক অরুবনচিংনা খোইয়ুম লাইনিং মরমচৎস্থ মালেম তাইবংপানবগী মীরৈপাক নিংথৌ পাল্লিব খৈবিক্ত চীংঙু নোংদম মপুরেন্ন বায়েল নোংদমবিরম্ববু য়াথং তপচিল লৌনা খজিক্ত বাহমবিখরবনে। হায়না অস্থম বাহমবিরবদ, লুবাং হোং-নেম লৈকোইবদি গুরু চীনগোই ময়াথংবু উনবি পূক্লিং পেম্ন নাতাজরে হায়দবরা। হে ইবুঙো মীরূপ লেংনা তিল্লিবা অহল গুরু খোইয়ুম লাইওইনরবসিংও। থাইনা নাহম্নোং মালেম তাই-বংপানববু চীংঙু নোংদম মপুরেম মালেম লৈশেম্লকপনচিংনা, নমু পোংলিংবিরকপগী বারম অরীব অসিবু ঙানব গুরু মংলেনকোই-বনা য়োইবরেন মপারি লুবাং কুচুবদ অস্থম বাহমবিরম্ব মালেম লৈবিংশৈ নমু মীপোকলোন অরীবনে বারম পরেং চাদনা অস্থম বারী তেংথা পাংশোইনিকপগী অয়োন মখৈ লৈতববু পূক্লিং বারৌবিদনা নাতাবি-ও।

## "মীরমচৎ"

## অফ ফত্ত নৈনবা

হয়ি হয়া-হে বারম অসি মতুংদ অসাইঙৈগী লুবাং কুচুবনা য়াথং অনৌব প্যাওহংজরকয়ে। হে ইবুঙো কশা কোরৌ ইনোংথৌ তা-ও, বারী অসি মতুংগী ইয়ু লুবাং শল্লাইহনবনা য়াথং পাও-হংবা মঙাংসনা ময়াথং য়াথং পাওতাকবাবু বারম মতোললোম্ন

হায়বিও হায়না অম্ম ব্বাকৎচববু। গুরু ঙানব মংলেন কোই-বনা হে লুব্বাং কুচুব-ও নংবু উনবি পুকনিং ভঙ্গা নভাজো-ও। অসাইচৈগী নয় লুব্বাং শল্লাইরনবা কোংনেম নৈকোইবদি গুরু কোব্রৌ মনোংথৌ মঙাং লাইনিংশিং অনৌবগী সনা মথোঙথাদ য়াথং অনৌব চাংজৌ চেপ্ন লোম্ম ব্বাকৎচখিয়ে। হে ইবুঙো কশা য়াইনিংথৌ অথোইবও। গুরু নথোজাম্ম ভাইবং নোংশাপান পুম্মমকপু মালেম নৈশাকলিংনা নমু পোংশেম্মকপগী ব্বায়ম পুম্ম-মক্তি নাভাজরে। ভোইগুম ভাইবং নোংশাপান অসিদ চৌংঙু নোংদম মব্বায়েনগী নমু মীবু ওইনা পোক্লরবা অসিবু পলেম পায়ম পিবুকনুংদগী, অঙাং নাব্বা অপিশকপু ওইনা নাওনৌলক-পবু, খোইয়ুম নোংদম মব্বায়েম্ম ভাইবং হকচাং অরেপ্পবু নত্তবগী কোব্রৌ নোংজা খুদিংগী অচাও লেপফায়ক্লে, শাংব লেপভাম্লক্লবগা চেংলৌ শকোই হেম্ম পাঙ্গন মথোক্লকপস্থ, পায়মা লৌশিং মপুং-কান হয়াও পুক্লিংচং উনবি মব্বাং কায়ন য়াংগোইজববু · খোইয়ুম নোংদম মব্বায়েন চেনকদবগী য়োইময়াক্ট লাইরেন ভাওদনবনা য়ুমিৎ শীঙবুম থেঙ, লোইদাম থাজ পাখংবনা থাজ মহজিনখিব খুদিংদ, লাংহৈ কুমাবিদি লাকয়েন কিশি তাইগুমবু চহি মওনখিরব খুদিং, হকচাং লেপ্ন নৈকদবগী নমু মী হকচাং পামুব অসিবু অহন মতম ওইনা কোব্বাং পৈ নিকশিল্লক্লে। নাহন নাব্বা মথুচৈগী শক্লেন লাইজ ইঙাং কা, পাঙ্গন মথোক্লকপগী সুংঙাই পুক্লিং পেনবনচিংন, খোরম পুম্মমক ঙমনা মাংশিল্লক্লবগী। চৌংঙু নোংদম মথৌথা পলেম পীথোইরেনগী চেংজেল থাওনিংভিংনা

পুন্সি মতোন লোম্লবদা থবায় মমিরেম হকচাং হুনলানলমহুনা অমল থমলৈ কুমখিৎলে হায়ববু থৌরম মাংদখান মরৈরে। ৱারম অসিগীদমকপু তাইবং নোংশাপান্দ নমু মীবু ওইনা পোক্লরব অসিনা, থবায় মমিরেনগী ম্মাইক মহৈ ওইনববু, তাইবং নোংশাপান অসিদ লমচৎ ৱা'য়েন, লাইনিং মতিক অথোইব করম্ববু পাইজরবগা তাইবং তরংমুং অসিদগী থবায় লাম্লববু করম তানকংজসিবনো ? লমচৎ ৱায়েল করম্না মিরেন ম্মাইবী ফুথোংথোগী থৌরম অশেংববু ওইরিবনো ? তাইবং নোংশাপানগী মীপোক ম্মাইকবা থবায় চংথোনব মী মরু উনবি পুকনিং তপ্লব মী মচং থবায় থোইন শেংব, মী মম্মাই শিদব থোইযুম মস্তং মানগুম্ব মথোয় অসিশিংনা লমচৎ লাইনিং অশেংব শাজেন লাইনিং পুকনিং চৈথম করম্বন মীপোক মহৈ পানবনো ? কোরৌ নোংমদোনগী ৱাচুম সনা য়োইকোনমুংগী থুম্লেন মপুংফাব হী মরু কমবি অথোইবদ করম তানকংজশিবনো ? অসিম্ম মদোমদে তাইবং নোংশাপানগী নমু মীপোক অতোনবনচিংনা লিংজেন মরমচৎ কত্তবা করমবব্ চৎলমবগী থবায় মমিরেনগী কত্ত মহৈ চা মালেম লৈথা তারগা কত্ত কোমলেন মরিফুমরিমক্তা লুপনা লাম্লংজরিবনো ? তাইবং নমু মীওইবগী অফ কত্ত মরম অনীমক অসিবু ; হে ইবুঙো কশা কোরৌ ইনোংথৌ অথোইব নংগী থৌজান নরনকুনা ৱারম ফিরোন নাইদনা পাওতাকপিও। হায়না অস্তম চাংজৌ চেপ্ন লোম্ন ৱাকৎচরবদ, চৌংঙু মশান্নও কাওরবা মঙাং গুরু লাইনিংশিং অনৌবদি য়োইবরেন মপারি

লুবাং হোংনেম লৈকোইবগী কোনলোই মপাওহং নিংখিববু নাতা-বৃবগী য়াথং থৌজান অথুম্বনা বাহমবিরকবে। তাও হে লুবাং শল্লাইহনব-ও। নংবু উনবি পুক্লিংপিনা মঙাং চীনগোই ইয়াথংবু নাতা-ও। নমু মীপোক য়াইফবশিংনা থবায় মমিরেনবু কত্ত মহৈ চান মালেম লৈখা তাখিরগে হায়বগী পন্থৌ মপা শাৎ-মাব পশেম মমা পোকমাবিবু খোইযুম লাইওইননা গুরু সনা মখোঙখাদ উনবি পরৈ চেৎ থমোই হকচাং কৎনা থৌগন পুনেমজহনা। চীংঙু তাইবং মপুরেন হয়ি খোইযুম লায়িংথৌ পুক্লিং তাইশিন্নন, থবায় মমিরেনগী খোইযুম লাইফাও মরয়েন য়াইবি তোনৌবি অশেংব লমবী অতাঙবদ পুক্লিং মচিনথৈ উনবী চাজন চেৎনা পায়জববগা। শমু মহকচাংগী মতৌ অয়োনব চীনগোই ময়াথংগী থৌরম অরানবস্তু, পায়মা উনগোইস্নুংগী পুক্লিং কত্তবগা মরম পুম্নমক অসিনা থবায় তোঙানব কনাদ থৌরম অরাব মতৌ ন্নংশি খোকদব থৌরম পুম্নমক্ত উনবি পুক্লিং-চেৎনা ঙাকচরবগা। তাইবং নোংশাপানগী পোৎশক নিংখিরিব থৈবিক্ত অপাম পুক্লিং চংব, লৌনিং অপেন নাইদনা, চানিংইথৌ লাংবস্তু; নাপন ময়াই কাবগী কঞ্জাও ইথক হৌগুম্ন, উনবি পুক্লিং ফিংলিব, উনবি পুক্লিং অঙকচংনা পায়মা ফুনবংনরিবা বারম অসিথৈবিকপু লেপ্ন হুলানথোক্লবা। থবায় মমিরেনগী চায় লমথুন অশেংব, লাইগুরু অনিমকী সনা মখোঙখাদ অপাম পুক্লিংচংববু, পুকনিং অপেনববু নাইদনা ইনজিনজরবগা পন্থৌ মপা মমাবুসু, অহন মথক্তীবু লনথুম ইকাইথোইনা, নহা মথাগীস্তু

থৌজাল শমজিল্লববু নোংবুম মহৌশাগী পূকনিং কাইহন্দনা লনথুম ইকাই খঙলব। থবায় মমিরেনবু পাম্নমা লৌশিং অশেংবনা মদোম নিংশিংজহনা থমোই লাইযুম শেংহল্লবগা চৌধক শেংনা চারবা, ম্নাহিপ মরোল খঙনা থোল্লেন তুমগনহৈরবা, অসিগুম্বশিংবু মীপোক থোইন শেংলবা থবায় মমিরেনবু ম্নাইবী থৌজাল হৈরব-ও তৌনা কৌয়ে। অসিগুম্ব নমু মীপোক ম্নাইকব অহুশিংদি মালেম ভাইবংপানবগী মৈশা লাংব মুংশি নৈথৈ ভাবগা মরম অনিমক অসিনা লাংওন মপোক থুদিংদা পংনা কংকদরবনে। থৌরম থোইনা চেৎলবা অসিগুম্বশিংবু তৌঙমদরিবা নমু মীওঙ অহু-শিংবা, য়েনলাংশিং হিদাকপু খঙলবসু শিংলেন অরেম্ব মশেমে হায়ববু বারম লেপ্ন খঙজৌ-ও। হে হোংনেম নৈকোইব-ও! ভাইবং নমু পোংওইব অসিবু লিংজেন মরমচৎনা ম্নাখৌ শাম্নু ওইথোকখিয়ে, থোইযুম লাইস্নু মওইখিয়ে, নমু পোংস্নু মওইখিয়ে, লমচৎ লিংজেন মতৌস্নু ভাইবং নোংশাপানগী নমু মীওইম্নিব থৈবিক্কী শমু হক্ত থেৎনা মদোম মদোম পূজরিব মশেমে। অসিন্নু মদোমদে ভাইবং মীপোক ম্নাইকব থবায় চংথোনবশিংনা থোইয়ুম লাইনিংলেনগী থৌরম অরেপ্প বারম অমুনবা কৌবদি মদোম শমু মহকচাংবু উনবি নৈনিংশিংনা নিংজরবগা পাম্নমা উনকোই-মুংগী পূক্লিং লাকঙমদব ভরুকমকপু শমু থুহুমচম থৌজাল ভাইজিন ঙম্নবা। ম্নাইবি থৌবায় ঙাকনবদা পূকনিং মহৌশাবু ওইনম্নিব পূকনিং লাইজ ইম্নিকলাইগুম শেংথোইবনা থমোই ফিবম ওইনা থবায় হকচাং অনিমকপু থাইনহন্দনা থৌজাল ভাইশিনঙমলথ

মখোয় অসিগুম্বশিংবু নমু থবায় চংখোনব মী মরু উনবি পুক্লিং ভম্লব-ও ভৌনা কৌয়ে। মতিক লাইজ ইরেনপুংগুম শুপথোইব মী মরু অখোইব অচুশিংনা চৌংঙু য়াইবি মপুরেন শিদববু খোইয়ুম শাযন লিকিননা থবায় লাম্ববু ভানকংজখিয়ে। ভাইবং নোংশাপানগী নমু লিংজেন কত্তবগী লিংজেন মতৌ অচোম্লবু পুক্লিং মহৌশাবু ওইনা য়াখং অকাম হায়ব, উনবি পুক্লিং য়াংনা মতৌ হেম্ল চেৎপা, লৌনিং ইখৌলাংনা অপাম পুক্লিং চংবা কপাও লাকশিন ঙমদনা, পুকনিং ময়াই কাবনা উনবি অঙকচংলিবা, মরম অসিশিংবু শমু থুত্রম চনঙমদনা থবোই লাইয়ুমমুংবু নোংকাই শিকামকুম পায়মা ফুনবংনবিবা নমু মীওইব অসিশিংনা চৌংঙু লাইমরু শিদবা মহাকপু শংশং মিৎয়েং শনথে ঙমহৌরবস্থু শিংলেন অরেম্ব লৈয়াং অভিংঙা মশেম্বে। থবায় মাগী মমিরেনবু য়াইফ মহৈ ওইববু পুম্ব লৈভয়ে, মরম অসিগীদমক ভাইবং নোংশাপান্দ নমু মীবু ওইনা পোক্লবব অসিবু লিংজেন মরমচৎ মাগী মাগী মতৌ অফ কত্ত মরম অসিনা য়াইথোঙ শিংগুমনোং শাবা পানকেনবদা থবায় মমিরেনগা লোইননা ময়ান য়ুমথুং ওইরুহৈঙনে হায়ববু থঙনা নমু মীপোক অতাংবশিংনা শমু মহাকশাংগী পুকনিং মতোমতবু নিংলবগা। খোইয়ুম সনা মখোংখাদ লিংজেন মরমচৎ অশেংববু উনবি পুকনিং লেপ্ম কৎচরবগা লাইগুরু সনা মখোংখাদা থম্মোই পুকনিং পেম্ম পুকনিং মথৈ লৈভনা থবায় হকচাং য়াওনা থমোই কৎচরবা পুকনিং শেংখোইরবা অহুবু পুকনিং কমহোংহন্দনা লেপ্মা পায়জখিয়ে।

মতৌ অসুম ওইরবা থবায় থোইনা শেংলবা অদুগুম্বশিংবু মী মরু থোইকোইব উনবি পুক্রিং শেংলব-ও তৌনা কৌয়ে। ৱারম অসিগীদমকপু তাইবং নোংশাপানগী নমু মীওইরিব থৈবিক উনবি পুকনিংপিবা পায়মা লিংজেন শেংব, য়াথং ৱাচুম শুবা মরম অহুমমক অসিবু হেন্না তাইবং নোংশাপান অসিদ য়াইবি থবায় লায়ববু অমাতৈনা লৈতরে। হে লুৱাং শল্লাই হনব-ও। উনবি পুকনিং তপ্প নাতা-ও, মালেম তাইবংপানব অসিদ মালং মুংশিৎ য়াঙইগুম তাইবং নমু মীওইবগী পুকনিং ফাঙমদবা অসিনা মতিক কয়ামরুমবু য়াঙথোইবনে। তঃং লাইজ ইপাকলেন চাওথোইব ঙমথৈ পান্দম নাইদবা অসিবু তাইবং নমু মীওইবগী পুকনিং মপান নাইদব অসিনা থোইনা পাকথোইয়ে। তুরেল লৈতোই অকুপ্পনা কুপ্পবসু নমু মীগী পুকনিংনা হেন্ন কুপথোকইয়ে। অসিগুম পুকনিং মওং খংদবা ঙমথৈ পান্দম নাইদব অসিবু লৈরাং পান্দম হায়রবদি লাংগোই শামু মচুম তাব কোঙ্গোই লীগা থুনা ফাঙম-দববু লৈনা ওই। নমু মীহকচাংগী পুকনিং অঙকপা অমম মথৈ লৈতবা অসিবু লমলক থোইম নারোনমুংগী পামেন নারোন-মুংগী পামেন উমং অশোংববু ওইনা থৌরম মতৌ অচুম্বদা অহিং নোংথিন নাইদনা পুকনিং মহাক ওইনা হয়াওনরিয়ে। মতৌ পান্দম অমদি থৌরম অরেমবদা শমু মহকচাংনচিংনা থবায় মরিরেলসু লীংলেন অরেম অসুম মাঙহল্লবগী তাইবং মীপোক অতাঙব মী মরু অথোইবশিংদি উনবি লৈনিঙশিংনা গুরু সনা মথোঙথাদ অপ্যাম পুকনিং চেন্না য়োইনা থৌগলমনগী। গুরু

মথৌজান পাওতাক চংখোনবা চীংঙু মীংলেন অস্তম্নবু তানফং-জনবগী মপাম্নি মতম মানব পুক্লিং লাকঙমদবা অহুবু উনবি অশেংবনা ইনলেন খুজরি মিতম চিংবতুপ্তুম চিংশিনজদুনা গুরু চীনগোই ময়াথং বায়েন লমচৎ নিংথিবনা লাংগোই শামু কাতি ওই নমু থবায় চঙখোনব মীপোক য়াইকবশিংবু কোয়ৌ নোংজা খুদিং মীরুপ লেংনন। চীংঙু লাইরিক হায়বগী উনবি পুক্লিং অতপ্পনা লাংগোই শাথক তোংলিবা কাতি খুৎচিংকম্না লাংগোই মরিল ঙম্না, নমু মীগী শকওইনা লাংগোই মচুগ তাবগী মতম মানব, পুক্লিং লাকঙমদবা অসিবু খোইয়ুম লাইরমলেন অশেং-বদ। উনবি মচীল থৈনা চিংশিনঙম্নবা, নমু মী মচং পুক্লিং খোইনা শেংলবা অসিগুম্বশিংনা তাইবং লাইজ তরংমু ঙমথৈ পান্দম নাইদবা অসিগীদমক থবায় লাম্নববু লেপ্না তানকংজখিয়ে হায়দবরা। বারম অসিগীদমক তাইবং মীপোক অতাঙবা, থবায় চংখোনবা উনবি পুকনিং শেংলবশিংদি য়োইময়াই লাইয়েন তাওদনবন' কোয়ৌ সুদিৎ চুপখিৱবা খুদিংবু শমু মহকচাংগী মতৌ মরমচৎ অমাংব পুম্নমকপু মদোম উনবি লৈনিংশিংনা পায়মা লৌশিং অশেংবনা লাপ্না হুম্নানখোক্লবগা। লমচৎ লাইজ ইরিকলাইগুম শেংখোইবা মতৌ নিংথি খোইনা পোৎশক অশেংব থৈবিকপু, থযোই লায়য়ুমমুংদ লেপ্প' চিংঙমলবগী পুক-নিং অঙকপবু কোকন থযোই লাইয়ুম ঙাম্নব অসিগুম্বশিংবু নমু মী মচং খোইনা শেংব-ও তৌনা কোয়ে। থবায় মমিয়েলনা খোইয়ুম লাইগী থৌয়মদ পুকনিং চাজন চেৎনা

চীংঙ্ লাইগী খোৌরমদা থবায় পুকনিং কনব য়াথং বাচুম শুনা পায়মা উনগোইগুংবু মোইরেং ভরেং য়োৎকুম চুমথোকইবা মথোয় অসিগুম্বশিংনা ভাইবং নোংশাপান্দ সুংঙাই মরাংকাইনা পানলবগা থবায় মমিরেলনা য়াইবি খুভম অথোইববু লেপ্ন ভানকংজবিঙৈনে।

## "মীপোক য়াইফনবা"

হে লুবাং হোংনেম লৈকোইব-ও, নংবু উনবি পুক্লিং ভপ্ন নাভাক-ও। অসিম্ব মলোমদে ভাইবঃ নমু মীওইবলক্তগী পুকনিং থোকইনা শেংবা কোনলোয় য়াথং চুপ্পা লিংজেন মরমচৎ অকববু পুকনিং মহৌশাবু ওইনা শমু মহকচাংবু মদোম ইকাই থঙজরবা, নমু ভোঙানবা থৈবিকপু থবায় মাগী মমিরেনগুম সুংশি পুকনিং-চংনা থোৌজান পিনহৈবা। থোৌরম মরম মঙামক অসিবু পুকনিং খুচুম চম পাইজরবগা লিংজেন মভৌ অচেপশাগী য়াথং বাকাম হায়বা, উনবি পুকনিং হেপ্পা চৎপা য়াথং লাইনিংলোঙবা, চীন-গোই পাওরনম্বাম্ব চৌগ্গাক বাথী নাইদবা, য়াইবী থবায় ঙাকত্রবা লমচৎ মভৌ ফত্তরবা মরম অসিথৈবিকপু থোৌরম চেৎনা ঙাকচয়বগা গুরু থোৌজান মপাওভাকপু পাওভাক চীনখুন মতুংইম্না, গুরু সনা মথোঙথাবু পায়মা লৌশিং অশেংবনা কশা বাংবা মায়ওকননা নিংজখিরবা অসিগুম্বশিংদি থবায় য়াইবী মপুয়েন কশা চৌংঙ্ শিদবনা চেংলৌ মিকুপমরমদবু থাদোক্তনা য়োইচেলবীরে। কোলোই মাগী মমিংথোনবু মী মরু থবায় শেংথোইরব-ও ভৌনা

কৌই। অসিন্থ মপোমদে নমু মীপোক য়াইকবা তাইবং মীপোক চংখোনবশিংনা, মালেম তাইবংপানবা অসিগী মীপোক নিঙথিখোইবা মুংঙাই যন্নাং কাযবা, লৌনিং ইথৌলাংনা কান্নাম পুকথন নাইদবস্থ, পুক্নিং য়েক্ল লৈতবনা উনবি পুক্নিং শাওরিবস্থ, শাগৈ মপাচা, পন্থৌ মপা মমা, তানলোই মক্লমবি মপারি মথোমলোন অসি খৈবিকপু মুংশি পুক্নিং চংবগী পুক্নিং মরম অয়াবনা শন্দোকলিবা অসিশিংবু লাপনা হুনলানখোক্কুনা। মিৎ, মাকোং অনিমক্লচিংনা শমু মনাত্তোন, তাংজ মরৈত্তোন, চীন য়ানচিংনা শমু মখোঙ মথুৎ শুপ্ন অসিগী পুক্নিং মশীং অয়াম্বনা শন্দোকলিবা পুক্নিং মরম অসিগীবু উনবি খোইথৈ চানা ভিনম্ভিনজরবগা থবার হকচাং অনিমক অসিবু পোৎশক অয়েম্বু নত্তবনে। খোইয়ুম লাইগী মশালওন্না মত্তৌ তৈনা ওন্নহল্লিবনে হায়ববু থান্নম থনজিনজহুনা কমবী মকম অশেংব নমু মীরৈতবদা মদোম উনবি লৈনিঙশিংনা থমোই কিশি পৈর চেৎহন্নবগা', থবায় য়াইবী বাইখুংলমগী খুভম খোইনা চঙখোনবদা থমোই লীরোন চেৎনা খোইয়ুম লাইনিংবা নমু মীপোক য়াইকবা অসিগুমশিংদি হন্নি তাইবং মপুরেন্না থমোই লৈকামুংদ চংনা কমবি মুমওইনয়বগী থবায় মমিরেনবু হাক্তক অমম কোক্লা য়াইবী খুভম মক্তবু লেপনা তানকংজখিরে হায়দবন্না। অসিন্থ মদোমদে তাইবং নোংশাপানগী নমুং মীথিবোং মীদমপান পায়মা লৌশিং লৈতবশিংনা নমু লিংজেম কত্তবগী পুক্নিং হনয়েং লৈতনা তানলোই মীতু য়েংবা পুকনিং কত্ত তানবা, নমু মীয়নহুবা য়াথং লৈরোঙবা কোনলোই

চীনখোই হায়বা উনবি ইথৌলাং, চীনগোই মরাখংগী থবায় কনাগুম্বা অমবু অরা লাম্নংহনব, তারা মচীনকাকীবু থবায় অঙাকপবু লৈতনা য়াইবী থবায় কাহলবা, য়াথং য়াকাম এায়বা, চীনলোঙ কত্তববু য়াম্না হায়গনব, পন্থৌ মপা মমা অনিমকপু মীয়াই হল্লাননিলংবা, অহন মথক্কীবু পুক্লিং থৌওই লৈতনা মতৌ কত্তববু হৌনা মরমচৎপু ওইনরবা নমু মীতমথি লিংজেন মতৌ মথোয় অসিগুম্বশিংদি নমু মথিবোং অতোনব-ও তৌরা কৌয়ে। থবায় মাগী মমিরেনবু হয়েং থমমুং মথোঙজিন্দা মহৈ অরূপবু চানা কোমলেন মরিফুমরিমক্তা লেপ্পা তাখিয়ে হায়ববু লেপ্পা থঙজখরো। হে জুবাং শল্লাইহনব-ও তাইবং নমু মীওইবলক্কগী পুকনিং লাইজ ইরিকলাইগুম লুথোইবা, বাচুম লাইনীঙ চৈরোইংনা পায়মা উনগোইমুংদা নমু মীগী মরনবু পুকনীঙ পাবনা নীঙ-লুদরবা, থবায় কনাগুম্বু অবা পঙনা লালনং লৈহন্দরবা, য়াথং বাপৈ হায়দরবা কত্ত পুকনিং ঙাক্রবা অবা লালনংদরবা, মতৌ মাগী মরমচৎ নিঙথিবব পলেম পন্থৌ অনিমকনাচংনা, অহন মথক্কী বায়েল লমচৎ থঙলবশিংগ পায়মা পুকনিং তিম্মরবা। কাশা কোয়ৌমনোংথৌ গুরু অথোইবনা মতৌ মরমচৎপু থৌজান পুকনীং চংনা লৌবীরবা মথোয় অসিগুম্বশিংনা পুকনিং মাগী থৌরম অয়োনবা মতৌ অরানববু চেৎনা ঙাকচরগা। গুরু মথৌজানগী তানফংজরবা চৌংঙু মিংলেন অথুম্বা, মিংলেন শিদববু চীনগোয় লাইমিং শোম্না চৌংঙু য়াইবী মপুরেনবু তলা উপাল শিদবদা শীঙলেন উরিলৈনা পাথেল থোংদা য়েৎপগুম পুকনিং

অতৎপবু নাইদনা য়েৎচয়বা অহুঙ্গবশিংবু তাইবং নোংশাপানগী নমু থবায় চঙখোনবা মী মরু খোইনা শেংলবগী উনবী অমকপবু লৈতয়বা অসিঙ্গবশিংদি নমু তাইবং নোংশাপান অসিদা মীপোক মহৈ পানলবগী পুন্সি মখোইতোংনা সুংঙাই বায়থুংববু তান-কংজরিয়ে। থবায় মাগী মমিয়েনসু কোরৌ নোংমদোনগী খোইয়ুম লাইকমলেনবু লেপনা তানকংজখরে। বারম অসি থঙনা মালেম তাইবংপানবা অসিদা নমু মীপোক অখোইবশিংনা থবায় মমিয়েনগী থৌরম য়াইফখোকনা গুরু সনা খুয়ারেন্দা য়োইনা খোগন খোইনা য়াইবী লম্দানথৌবু থিনকরোইয়ে। তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীবু ওইনা পাল্লিবা অসিবু শমু মহকচাংদা মালং য়োই-থমলেন শীবনা থমগোন য়াহৌরক্লবগা থমলৈ চেমদা অমন থমলৈ য়াঙখিববু কনান থৌথাম ঙমদবা পুঙনে। হায়ববু থঙনা পাঙন মখোকলকপা পায়মা লৌশিং মক্তবনা লৌশিং মইনলক্রিঙৈদা পুকনিং থৌরাংনা গুরু সনা মখোংথাদা খোইয়ুম লাইগী থৌরম অওকপা লমচৎ শেংখোইরা থবায় য়াইবীরেন নখৌ অশেংববু শমু পাল্লোইননা শঙলৌ থৌরাংজরকঙৈনে। তাইবং নমু মী হকচাং অসিবু য়েক্না মায়া শমু পাল্লোইনরিয়ে। চৌংঙু নোংয়োদনা লাংকম য়ায়দা শিববু তাকপীনবা য়েকন তিংথং মচিনথেকনা থৌজান তাইশিন্নরবনে হায়না লাংকম হেন্নবা পুন্সি মতোম লোয়ববু লেপ্না তানকংজঙৈনে। তাইবং নোংশাপান অসিদা মৌমসু গুজা ওইবীনা তাইবং লাংগী মকনে। মৌমসু চেংলৌ শকোই হেনবী তানলোই সুংজানবীসু শীঙলেন লৈগী পান্দমনে।

মপারি মুংজানবা মমোম মুংওনবীগুম ভাইবং লাংগী মওংনে। খমলৈ কুমবা চেয়ককা অমন ডাইরোয়নখিকরোই। উনবী পুকনিং শেংনা থবায় মচিখংলবত্রম হয়েং য়াইথোঙ শিরমলেন্দা শবা লম-খাংদা লেপ্পা অমন ডাইরোয়নখিঙৈ:নে। হে লুবাং শন্নাই হনব ও। মঙাং চীনগোয় ইয়াখং খোইয়ুম লাইরমলেন নমু মীপোক য়াই-ফবা থবায় চঙখোনবশিংগী লমচৎ লাইজ ইরিকলাইজগুম শেংখোইবা খোইয়ুম লাইরমলেন নিঙখিব অসিবু উনবী পুক্রিং পীনা নাতা ও হায়না অসুম পাওতাকপীরবনা। লুবাং হোংনেম নৈকোইবদি হকচাং মতুচুং মিৎকোই লাইজ ইরমচেয়া নাতাখিয়ে হায়দবরা।

শাগৈগী চৎন লোনচৎ তাকপা।
বায়েন, লাইনীং, লমচৎ,
অহুম অসি লৈবগীদমক লাইবু লৈবনে।

নয়ু লুবাং শন্নাইহনবদি কাশা কোয়ৌ মনোংথৌ মঙাং গুরু সনা মখোঙথাদা অনৌবা চাংজৌ চেপ্পা লোয়া পাওহংজখিয়ে। হে ইবুঙো গুরু কোয়ৌ ইনোংথৌ অখোইব-ও! ভাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীবু ওইনা পান্নিবা অসিবু চীংঙু নোংদমবা ময়ায়েয়া পায়মা পা-চা শাগৈ নাইনা নোংদম শানশেন্দীরগী। ভাইবং নমু মীওইরিবা খৈবিক্লা শাগৈ সনা লমদাংশাংগী গুরু লমচৎ মহৌশাবু, বায়েন লমচৎ কাই-হন্দনা চৎনরিরবু। ভাইবং নোংশাপানগী মীপোক খোইনা

শেংবা, থবায় চঙখোনবা, মী মক্ক থোইথোইবশিংনা থবায় মখি-
রেনগী লন্দান পোৎশক অশেংবা, বায়েল শাইনীং অরেম্না, লমচৎ
বায়েল খঙলবা, করমবনু ঙনবী চাকন চেৎনা পামজরবগী থোইমুম
নোংদম মবায়েল শাগৈ সনা লমদাংশাংগী গুরু লৃমচৎ হৌনরকপবু
করম হল্লানঙমখিসবনো ? নমু মীওইরা পারমা লৌশিং তাবনা
বায়েন লমচৎ খঙদবশিংনা শাগৈ কিপূকমুংদা থৌরম অক কন্তা
মহৈ তৌহৈবা, মতৌ অরানবা করমবনা কন্তা মহৈ চাখিবনো ?
মরম অনিমক অসিগী অক কন্ত মহৈবু বাহমবী-ও হায়না অঙ্গম
পাওহংজরবদা। মঙাং লাইনীঙবশিংবনা বাহমলকয়ে। হে হোং-
নেম লৈকোইব-ও নংবু উনবী পূকনিং তপ্পা নাতাজ-ও। চৌংঙু
নোংদম মবায়েনগী মালেম তাইবংপানবা অসিদা নমু পোংওইবা
অসি খৈবিকপু। খম্লাংবা পন্নোনগী শাগৈ হৌনা মরমচৎকী,
পুরী লমচৎ হৌনরকপা অসিনা তাইবং নমু মীওইবগী বারম
মপুরেন বায়েন অহানবা মহাক্কে হায়বনু লেপ্পা শানখংজরো।
মালেম তাইবংপানবা অসিদা নমু মীওইরিবা কনাগুম্বশিংনা
ইরেং পূবাললোন্দা শাগৈ মরম হৌনরকপা শাগৈ মচৎপু খোয়মা
নম্মুক্রনা হল্লানখোক্রবগী। থবায় মখিরেনগী য়াইক মহৈ পল্লবা
গুরু সনা মথোঙখাদা চঙদনা থবায় অশেংমবু লৈতনা পূক্লিং
ফৎলৈ তানবগী অশেং অমাং খঙদনা ঙনবী পুকনিং চৎলবা
অসিগুম্বশিংবু লমচৎ কারন চল্লবা, নমু মীপোক অতোনবা,
থবায় থোইনা মাংলবা লমচৎ-লৈখা তারব-ও তৌনা কৌরে।
অসিগুম্বা নমু মীচলখি অসিশিংবু শাগৈ মরেংতিনবালক্তা লুম্বা

ভিনকদবে। পুন্সি মাগী চেঙজেন ওক্রক্লমগী অমন থমদৈ কুম-খিরবস্থ থবায় মমিয়েনা তাইবং মীরুপ ভিনভমদবে। বারম অসি থঙনা তাইবং নমু মীওইবশিংনা শাগৈ সনা লমদাংশাং, খোইযুম নোংদম মবায়েনবু, পুরী লমচৎ হল্লান্দনা পলেম তাঙজ মুদখোং খোইযুম লাইওইননা গুরু সনা থুয়ারেন্দা উনবী চাজন-চেৎনা পুরুম খোপমছনা মহৈ লম্পায়রিয়ে। তাইবং নোংশাপানগী নমু পোংওইবা অসিদা খোইযুম লাইরমংলনগী বায়েন লমচৎ হৌনবা অসিনা খোরম মরু ওইরিবা অসিদগী য়াইক মতিক অখোইববু চাওথৎনরিয়ে। তাইবং নোংশাপান অসিদা ব'য়েন লমচৎ, অচুবা অসিবু নঙনা য়াইক মহৈ পামববু পুম্না লৈতে। বায়েন, লাইনীং, লমচৎ অহুম্মক অসিবু লৈরিবগীদমক মালেম তাইবংপান্‌বা অসিদা চৌংঙু লাইবু লৈয়ে হায়রিবনে। বারম অসিগীদমকপু খোরম ওইরিবা খৈবিক্তা বায়েল বাথি য়েংছনা অশেং অমাং থমা চৎলিবা অসিনা য়াইক মহৈ পামা থবায় মমিয়েনগী অক মখোই ভোংনবু লেপ্পা তানকংজখিয়ে। হে মুবাং হোংনেম নৈকোইব-ও তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীরিংজেন কণ্ডবা, লৌনিং ইখোলাংবু কয়াম পুকথন নাইদবা য়েক্স) পাওনাই চঙনা উনবি পুক্লিং লাকঙমদবা, উনবী অঙক চঙনা লৌশিং ফুনবঙনরিবশিংনা পুক্লিং লৌশিং লৈতবগী। বায়েল লমচৎ অশেংববু ইন্দনা খোইমা নম্বুরনা হল্লানখোক্লবগা, লমচৎ বাথি নাইদনা বারম মনিং চৎলবা নমু মী মভোল অমাংবা অসিঙরশিংবু শাগৈ ফিবুকমুংদা পোক্লয়বদি। শাগৈ লেংনা

ভিরবা পুম্নমকশিংনা মতৌ ৱাথী ৱারৈচেন্না শাগৈ মরেং তানবনে। ৱারম অসিগীদমকপু নমু মীপোক অথোইবনা থোইমুম লাইরম-লেনগী ৱায়েল লমচৎ অশেংববু উনবা মথনথোইনা চেৎনা চৎচরৈঙনে। তাইবং নমু মীওইবা পাম্মা লৌশিং তামবনা থমলাং পাৱাৱিবু থঙদবশিংবু মীরূপ লেংনা তিল্লবদি লমচৎ ৱায়েন অশেংবা মচী লম মরূবু তানকং ওমজবোইয়ে। তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু পোংওইবা, নমু মীওইবা থৈবিরা কং-ওমদবা অসিবু তানকংজরবদা। থরাম লেপ্পা মাঙদবা, অসিবু নমু মীগী মৱায়েলগী লমচৎ লাইনিং মতুংইন্ন', 'পন্থৌ পলেম অনিমকপু থোইমুম তারোইননা গুরু কোরৌ মনোংথৌবু থোইমুম লাইগী হকচাং অতাঙবা মহাক্কে হায়না লোইনা থৌগনজরবদা থরাম মমিরেনগী কাশা চৌংঙুবা শিদবনা থোঙ্গান মাইওক্লনা লৌবীরৈঙনে। তাইবং নোংশাপানগী নমু শিংজেন ফঙবা শাজেন লমচৎ থঙদবশিংনা গুরু কোরৌ মনোংথৌ থোইমুম লাইওই-নববু পুক্লিং থাজদরবদি গুরু লঙজ মথৈবু লেপ্পা ফংজরবনে। তাইবং নোংশাপান অসিদা তমবা নিপা ওইবগী চৌংঙু লাই-মরুদি কাশা গুরু কোরৌ মনোংথৌবু হেন্না লৈতরে হায়ববু থৌরম লেপ্পা থঙজরে। ৱারম অসিন্থ মদোমদে। মালেম তাইবংপানবদা মোমন্থ মুজা পুম্নমকী কোরৌ মনোংথৌ থংলেন মপুরোইববু থোইনা থোইমুম লাই অমা লৈতরে। মরম অসি থঙনা মোমন্থ পাম্মা লৌশিং চঙথোনবীশিংদি, কোরৌ নোংজা থুদিংবু থংলেন মপুরোইববু লাইওইননা লোয়না থৌগন হৈরবদি

মপোক লাংওন খুদিংগী কত্ত মহৈ অরুম্ববু কোক্লা য়াইক মহৈ অথোইববু লেপ্লা তানকংজখিরে। হয়েং লাংওন খুদিংদস্থ উনবী পুক্লিং থোইনা য়াইক চঙথোনববু লেপ্লা তানংকংজরুইরে হায়ববু বারম তাঙনা থঙজৌ-ও হে লুবাং শল্লাইহনব-ও। নংবু তাইবং নোংশাপান অসিদা পাচা শাগৈ লেংনা তিনবা অসিনা থম্লায় হকচাং অনিয়ক অসিগী মরান য়ুমফমলেনবু লেপ্লা ওইরিবা মহাক্লে। বারব অসিগীদমকপু নমু মীওইরিবা খৈবিক্লা শাগৈ পুরোন থিনা লোইনরিবা পুঙনে। শাগৈ সনা লমদাংশাং মক-ফদবা অসিবু, নাহয়োং নমু পোংলিংলকখৈগী হোনা মোংব চৌংজেং নায়ন ঈ-তত্তবা, লাইজ উনিং থোজংদবা তুকুম্ববু থুম্নুং শীঙবী মতাং তেমদা, পুম্নুং অচৌ মৈরা মুত্তা. শাগৈ সনা লমদাংশাং মকফদবনে। হায়ববু থঙনা শাগৈ মপাচাবু য়াথং বারুম চনবগী পুকনিং ফিথা থানা য়েক্লা পুক্লিং চঙহৈদে। শমু থুশি থোকনা য়েনরবগী লাইজ ইত্তাংথোকনা অনা চৈথোন কংলবস্থ পুকনিং থ্যমন কায়না শাগৈ হল্লানহৈদবনে। শাবা লাংলী কোক্লুম্ববু পঙনা কোকহৈদে। বারম অসি থম্নুদনা কঞ্চাও লাকঙমদবগী শাগৈ মপাচাবু য়েকনা পুকনিং চঙনা হল্লানথোক্লবা নমু মী-ওইবা অচুশিংদি শাগৈ লেংনা তিনবালক্কা লঙজ মখৈ লৈতনা মতৌ অয়োনববু লেপ্লা ওইখিরবগী কত্ত মহৈ চাথিরে। থৌরম অসি থঙনা শাগৈ ফিবুকম্নুংদা থৌরম চেৎনা তাকচখৈঙনে। মতিক অশুম ওইরিবা শাগৈ ফিবুকম্নুং অসিদা চৌংঙু লাইপোক কাঙ-জুম কাওরবা। মীপোক য়াইক থোইনা থম্লাক চঙথোনবশিংনা

উনবী পুকনিং লেপ্পা য়াথং য়াচুম শুবা, শমু মহকচাংবু মথোম তাঙজ ইকাই খঙনা, পুকনিং থোইনা কাম্বা। গুরু সনা মখোঙথাবু পুকনিং থৌকাওনদনা থরায় মনিরেনগী কাশা চৌংঙু বা শিদববু উনবী শামন লিকিননা খমোই কিশি লৌরোম চেৎনা থরায় য়াইবী বাইথুংকমগী খুভম অথোইবদা য়াইবী লৌকি চেৎলবশিংদি। পস্থৌ মপা শাৎমাবনচিংনা পলেম মমা পোক-মাবীম্ভ মপারি মমোমলোম মনোংয়াই নাক্রৌশিনবা শাগৈ মপাচা, লমলান শাগৈ কনাগুম্বু খঙদনা নমু মীওইরিবা খৈবিক্তা, ঐগী মাগী নাইদনা মতৌ অমা ওইম্না চেৎঙম্লবা। তাইবং নোংশাপানগী চোইনৌ সনা লুপা চরৈ ফিরাংচামচিংনা মুংশি মুংঙাইরিবা পুম্নমকম্ভ নিংথি য়াইক অনিমকনচিংনা মরম অসি খৈবিকপু ইবোং লাইজি কক্লুম ককথোইঙমথিরবা। অসিগুম্ব-শিংদি নমু মী মচং অশেংবা মী ময়াম থোইয়ুম লাইগী হকচাং অভাঙব-ও তৌনা কৌয়ে। মতিক লাইজ জরেনপুংগুম শুপ-থোইববু কনানা হায়ঙমগবনো হায়ঙমলোইয়ে। মীপোক থোইনা শেংলবা মী ময়াম শিদবা থোইয়ুম লাইগী হকচাং ওইরবা অসি-গুম্বশিংদি শাগৈ সনা লমদাংশাংগী পুম্নী চৌনা মরমচৎনা পুম্না কংদবে হায়দবন্না? শাগৈ লেংনা ভিনবালক্তম্ভ লোইদাম থানা ঙানবগুম নীংথিয়ে। হে হোংনেম লৈকোইব-ওঁ। নমু মী মচং থোইয়ুম লাইগী হকচাং অঙুগুম্বশিংবু লোয়না থৌগন থোইনা তানকংজরবা, নমু মীওইবা অদুশিংদি, শমু মহকচাংগী কক্তা মহৈ অরুববু কোক্লা তাইবং নোংশাপাম্দা য়াইক মহৈ অথোইববু

চাওখৎনরিয়ে। নমু মীওইবা কনাগুম্বশিংনা মতৌ অমানবনা থৌরম লওজরক্ষবদি, চৈর পশোৎকি অঙৌবনা, শাযন নৈনা চুবগুম কম্ভা মহৈ অরূপবু পুম্না কোকওমদে। মাবম অসি খওনা ভাইবং নমু মীওইবশিংনা মীপোক ম্নাইকবা মী মরু অখোইবশিংগী মমা মখোংখাদ; থৌরম লওজদনা মতৌ চেৎনা ঙাকচরিয়ে। অসিমু মদোমদে ভাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীওইবা কনাগুমনা গুরু সনা মখোওখাদা পুরুম থৌগনমনগী নমু মীওইযনে। চীংঙ্ কোনলোয় মমিংলেন মিংলেন অথুম্বু ভান-কংজরবগা উমং লাইকম খুদিংগী পামেল উখোংখাদা মরান ম্নমওইননা হকচাং লাইজ ঐখাও শীংগুম বাজরবমু। ভাইবং নোংশাপানগী মুংভাই মরাংকায়বা, অবা পুকনিংচংবা মিংথি বাবৈর-চেনবা মরান মুম্নাইখৌনচিংনা। মপারি মুংজানবা মখোম মুং-ওনবীমু চোইনৌ সনা লুপা হেম্না ম্নাইমরুনচিংনা ভাইবং নোংশা-পানগী পোৎশক নিংথি থোইরিবা অসি থৈবিকপু। ইহোং লাইজি কহুম ককথোক ওমদরিবা শমু মাগী মহকচাংবু মালেম লৈশাঙ্গী লৈথু লামথঙ্গী, গুমায় লাতিংথৌনা মালেম লৈনেম পকুম্না পকওমদরিবা চীংঙ্ কোনলোয় মমিংলেন, মিংলেন অথুম্বনা লাইজ জীওইনরিবদি শাগৈ সনা লমদাংশাংগী তুমুং লংলারি ওতুমবু পওনা ককথৎহৈদমনে। নাহমোং পলেম্ নাবা খোইখাওরিগী মুকমৈ কৰি ইরিকপনা লাইবক খেনলাইখোংদা শাবা চুম্মি নম্নকপবু কোকওমদরিবদি শাগৈ সনা লমদাংশাংগী লাইজ তুথুন-জী ওতুমবু পওনা খাদোককরোই। নমু মরেপ নেম্বনা অবাং নোংনিংথৌবু

শমু থুৎনা লামনীংববু পঙনা লামঙমদবনে। নমু পাংশোই নিকপনা ঈশিং তমলেন লাল্লিংববু পঙনা লানঙমদবনে। শুরু লাইগী খোঙান চৌংঙু মিংলেন অথুপ্পা লিক্লাই রাইংক্ক শিদরা মহাক্না, শাগৈ সনা লমদাংশাংগী লমচৎ চৌংজেং নারন ঈ-শুম তত্ববদা চরৈ লুহুপ ওইনা চামবনে। নমু মীগী লমচৎ অরেম্মবু পুন্সী লমচৎ খোকাওদবনা খোইয়ুম কোনলোয় মমিংরেনবু, খরাম বানা চৌংঙু লাইবু নীংলবগী মীপোক মহৈ পান্নঃ লাংওন মপোক শোয়দনববু লাইনীং লমচৎ মতুংইন্না খোইয়ুম মিংলেন শোনববু চীন সনা খগাল নৈতেং ওইনাতৈঙনে।

## কো-সনা মপুরেনগী লাইনাং লম্বী।

তাইবং নোংশাপান কোরৌ নোংমথা মালেম নৈনেমথক অসিদা নমু মীবু ওইনা পোক্লরবা অসিবু শাগৈ লেংনা তিনবগা পম্থৌ পলেম অনিমকী মতৌঙ পুম্নুঙ অচাওববু কনান হায়ঙমগবনো? হায়ঙমলোইহে। চোয়নৌ সনা চীংনা চিংনা মালেম নৈময়োন অসিগী অক্লম মথৈ নৈতববু পলেম পোকমাবীগী মতিক লাইঙ্গ ইরেনপুঙগুবনা খোইনা লুমখোইয়ে। কোরৌ নোংমদোন অরাংবা, শরাং অখাপ্পবু হেন্না পম্থৌ শাৎপাবগী মতৌঙ অরুবনা খোইনা রাংখোইবিবা মহাক্নে। হায়ববু রারম তাঙনা খঙহনা শাগৈ সনা লমদাংশাংগী খম্বাং পাবাগী মরমচৎপু পুন্সী লমচৎ হন্নাপ্পনা। পলেম তাঙজ লুদাখোং, পম্থৌ খোইয়ুম

লাইওইনববু পুম্ন হল্লহন্না মতীঙ পুম্নং পান্দম নাইদববু লাংবন খোইরেন বিচেম্নবিবা শাগৈ সনা লমদাংশাং, মোংবা চীংজেং নারন ঈগুম তজবা অসিবু পুক্নিং থামন কাম্বনা পঙনা হল্লান-কম্লোইরে। ম্নাখং খোইম্না শম্না নিংথি বাটৈ চেলহৈদে। বারম অসি খঙন তাইবং নোংশাপানগী নমু মীপোক অতাওবশিংদি কোরৌ নোংজা খুদিংগী মতম লাক্লেন অহুম্মকপু পুকনিং খোকাও নাইদ, লোইদাম থরোন-খুদিংগী খোইমুম লাইখোঙ মরিমকপু থাদোক্তনা লাইগুরু সনা মখোঙথাদা উনবী পুক্নিংথম। শমু হক-চাংশেংনা মাঙলি তুংলি অনিমকপু বাম্নন বাথি খেংহুনা পিঞ্জ পাম্মুদা পিনা হনরেং লৈতনা নমু মীচান হৈবনা তোনা মরম-চৎপু ওইনবিরে। পম্মৌ পলেম অনিমকপু খোগন ঈম্নাৎখোইনা, গুরু লাইগী খুমাবু অপাম পুক্নিং চঙবদা পুকনিং হন্দোকপবু নাইহল্লনা। নমু মীপোক ম্নাইকবা মী মক অখোইবশিংবু খোগন ঈম্নাৎচল্লুনা। কোরৌ নোংজা খুদিংবু মীরুপ লেংনা তিল্লিবা চীংজু মিংলেন শিদববু অপাম পুকনিং চংনা শোম্নরিরে। হে লুবাং শল্লাই হনব-ও উনবী পুকনিংপিনা নাতাজ-ও। থাইনা নাহল্লোং হম্নি খুম্নং লাংবচক অহুম্মকা নমু মীপোক অখোইবশিংনা থবাম মমিরেনগী ম্নাইক মহৈ খোকনবা খোইমুম লাইনীংনরমবদি। লাঙহৈ কুমজা খুদিংগী চীংজু লাইখোঙ মরিমকনচিংনা লোইদাম থারেন খুদিংগী থাশিং থানিন মাকমৈ নিপামি পানবনা খোইমুম লাইখোঙ মরিমজা উনবী পুকনিং চেৎ তম্না চাক হেম্না খোইমুম লাইনিংনরকপগী মতিক অখোইবা অসি হৈবিকপু।

চকৌন অকোনবা অসিদা কো সনা মপুরেনগী লাইনিং মরম নিংখিবা অসিনা মহৈ চুম্বা তিম্লবে হায়ববু ৱারম তাঙনা থগতবো। হে লুৱাং শল্লাই হনব-ও। নংবু চকৌন হাক্তক অকোনব অসিদা য়োইময়াই লাইরেন তাওদনবগী সুমিৎ মতাম অয়াবনা তাইবং মরোম কাওনা তানবীরিবা অদুগুম্ববু চৌংথু মতিক অথোইবগী মিংলেম শিদবা অসিনা তাইবং নোংশাপানগী থৱায় পুম্নমক্তা অহিং নোংখিল নাইদনা তানহনবীরবগী হাক্তক অকোনবা অসিগীদমকপু। তাইবং মীপোক অতাওবা কত্ত মহৈ অমম্বা থৈবিক্লা কম্বী লাম্বা চেনখে কখিয়ে। মরম অসিগীদমকপু তাইবং মীপোক অতাওবা মী মরু অশেংবা থৱায় চঙখোনবশিংনা চৌংথু মতিক অথোইবগী মিংলেন শিদবা অসিদা খোইমু নৈহি পাম্বনা থম্মাল লৈরিক চুম্নগুম পুক্রিং হন্দোক নাইদনা মহৈ লন্দানজরিয়ে। মতিক অম্ভুম ওইরিবা চৌংথু মতিক পান্দম লৈতবগী ৱারম অথোইবা অসিবু। নমু মীওইবা থৈবিরা মীপোক য়াইফ থৱায় চঙখোনবশিংনা মী মরু খোইখোইবশিংগা মরুপ লেংদিম্নদুনা নাতাজরবদি মপোক লাংওন খুদিঙগী কত্ত পাপ কোক্লা থৱায় অয়ানববু তানকংজখিদৈতেনে। মতাং গুরুরেন খোইমুং লাইনিংশিং অনৌবনা চৌংথু লাইরমলেনগী খোইয়ুম মতিক অথোইবা লমচৎ, ৱায়েন, লাইনিং অহম্মকপু লুৱাং পোংলেন হনবা হোংনেম নৈকোইবদা পাওতাক শমু খুৎশিম্নরম্বা ৱারী অহৈরোন অচেৎপা অসিবু তানবা মংলেন কোইবা মীপোক য়াইফ-বনা সেবোক মপারি লুৱাং কুহ্নবু অম্ভুম ৱারী পীরমহে হায়দবরা।

## “অশেং অমাং, অফবা ফত্তবা”

বারম অসিগী মতুংদা নমু লুরাং শল্লাইহনবনা মঙাং লাই-নিংশিংগী সনা থুমারেন্দা চাংদৌ চেপ্পা লোম্মা বাকৎচখি। হে ইবুঙো খোইমুম কোবৌ ইনোংখৌ! গুরু লিক্লাং মাইমরু অথোইব-ও, গুরু চীনসনা থম্বাম্লেন্দগী ভাইবং মীপোক মাইকবা মী মরু খোইমুম লাইবু নীংবশিংগা লমচৎ বামেন নিংথিবা লাংবন চীংশাং খোইরেন হিগুন থুমখোইবা অসিবু নাভাকনিংবগী পাম্মা ঐগী উনগোইদুংদা লাইক হৈবে চনগুম পুক্লিং, অঙক চঙবা খৈবিকপু, চকমোন ঢৈরা থানগুম ঙানহলবীরমগী পুক্লিং অপেনববু ভানকংজরে। ভৌইগুম ভংবং নোংশাপানগী নমু লমচৎ অশেং অমাং অক ফত্তু মরমবু অনৌব অমুক হাইমবী-ও। নমু লিংজেন মরমচৎ মতৌ ফত্তবা করম্বনা খোইমুম লাইকাও মরমলেন্দা মাংলৌ লম্বী কাওদনা খোঙথিংনারিবনো? হায়না অমুহ পাওহংজরবদা, মঙাং গুরু অথোইবনা পাওমেনখিরে। হে লুরাং শল্লাইহনব-ও— নংবু উনবী পূকানং পিনা নাভাক-ও। তাইবং নমু মীওইবা পাম্মা লৌশিং লৈতনা উনবী পুকনিং মক্রিবশিংনা মাংগী তুংগী নিংশিংদবগী, খোঙগাপ থাংকম থঙদন নমু খোঙথাং শোইবা। করাম পুকথন্দন লনবাম ইখৌ লাংবগী শমু থুৎহাম তোইবা। তাঙজ মরৈতোন্দ খোইমুম লাইমিং শোন্দনা মাথং চীনখোই হায়রিবা। চেংলৌ ভেনবাল মাম্লবমী মিৎয়েং চোইদা হকপা। উনবী পুকনিং লোঙবগী খোইম চিংনা

য়ামলিবা। নমু মী তমখি মতৌ লিংজেন কত্তবা অসিগুম্বশিংনা থবায় মখিরেনগী চৌংঙু লাইকাও মরমলেনগী খোইয়ুম মখোঙ-জিন্দা শাবা হংদৈজ লোনগুম্বা চেৎনা খোঙখিং পোরোননাক্লরে হায়ববু বারম তাঙনা থঙজ ও। তাইবং নমু মীওইবনা ঐনে মম্লাই কাবদি বাংদৈশ য়ুরেমবনে থককয়োইরে। তাইবং নোংশা-পানগী থবায় পুম্মকপু য়েক্লা পুক্লিং চঙনা কোনলোই চম্লা থাদৈহেদে। শা শমু হকচাং তোঙানবু ওইরবসু থবায় মশক অমত্তনে হায়ববু লেপ্পা শানথঙজদৈঙনে। নমু মীওইবা থবায় পিক্লা লৈরিবা পাম্মা লৌশিং তাবশিংনা, তাইবং মীপোক অশেংবা, নমু থবায় চৎখোনবা অহন গুরু খোইয়ুম লাইওই-নবশিংগী সনা মখোঙথাদা থাজঙ খোগন লৈতনা নোঙ্গা লন্দান বাৎলবগী থবায় মখিনা য়াইবা খোঙহৌ য়াইবুংফমগী পোৎকম মশক অরেম্ববু পুম্না শানথঙ তমদরে লাংওন তমথৈ থঙতম্লয়োইরে। তাইবং নোংশাপান্দা নমু মীবু ওইনা পোক্লরবদি অক কত্ত মহৈ অনিমকপু থবায় হকচাং শোয়ননা লেপ্পা মথৈরে। হায়ববু তাইবং নোংশাপান্দগী নমু মীপোক অখোইবশিংনা বারম নিং-থিজহনা। পাম্মম উনগোইমুংগী লৌশিং পুক্লিং অানমকপু, শমু খুহুম চন্না খোইয়ুম লাইরমলেনগী লম্বা অতাঙবদা অপাম পুকনিং থঙনা নরাও পুকনিং মযোন চোংববু যোংব চৌংজেং নায়নজ তত্তনা তুগুম্ববু উনবী মচৌনথৈনা গুরু সনা মখোঙথাদা পুক্কম খোগনজরিবদা। থবায় মখিরেনগী তোক্ত মরন অচেৎপবু ওইনদৈঙনে। হায়ববু থঙনা নমু মীপোক য়াইকবশিংনা গুরু

সনা মখোঙথাদা খৌগন পূরমজরবদা। পায়বা উনগোইম্নুংগী পূকনিং অময়বু কোকনা থবায় মমিবেনগী মবুংঙো কশা চৌংঙু বাশিদববু শানথঙজরগা। উনবী শাম্রন লিকীচেৎনা পুকনিং মালেম লৈনেম্বু মোংবুম মহৌশাগী পুক্রিং লোইথৈ নাইহন্দনা। চৌংঙু লাইবু নীংবদা ম্নাইবী নীংথায় কৈহন্দনা, পুকনিং মোইবেং তরেং যোৎকুম চুমথোইবনা। চবৈ ফিজিকিগুম্না থোইমুব লাইবু নীংজরবা অসিগুম্বশিংবু নমু থবায় চঙথোনবা মী মরু উনবী পূকনিং ভম্লব-ও তৌনা কৌয়ে। নমু মীপোক অতাঙবা, থবায় থোইনা শেংলবা অসিগুম্বশিংনা পূকনিং বাচুম লেপ্না শাজেন লাইনিং চেৎলবা। শমু মহকচাংবু নাপী মস্থুং মানগুম মালেম লৈনেম পক, মিংথি ম্নাইক লৌদনা তাংজ মবৈবেঙোন্দা চৌনগোই লাইমিং লোম্নুনা। থমোই লাইমিং অরাবা, চৌংঙু লিয়েং মুংওনমিৎ, উনবী ইথক মিৎ, কোরৌ মবোল কাওনা মিৎনা গুরু সনা মখোঙথাবু চৌংঙু নোংদম য়েংনা খৌগন পুরুমজরবদা। থোইমুম মখৌজান মহৈ লেপ্না মাঙকদববু তানকংজরবগী হাক্তক অময় কোক্লবা। থবায় মমিবেনবু লাই গুরু সনা মখোঙথাদা তামূল লংস্থং থৌবীগুম ম্নাইবী তিনশিম্নথিববু নাহৈক্ত চেংলৌ মিৎথোঙ মমনা নিংথিয়ে। ম্নাইক থোইনমিংনা লাংবন থোইবেনহিনা লৈরিক নোংজুনববা-ও তৌনা কৌয়ে। হে লুবাং পোংলেন হনব-ও নংবু উনবী পূকনিংনা নাভাকৌ-ও। অসিম্ন মহোমদে ম্নালেম তাইবংপানবা অসিদা নমু মীপোক অশেংবা পায়মা লৌশিংথোইবশিংনা মীপোক লুকবা রুসিবু তানকংজরবদা থবায়

পেম্মা মাঙকনবনে। পম্হৌ মপা মমা অনিমকপু থোইমুম লাই-
ওইননা গুরুং সনা থুম্বারেন্দা মালেম ফুবাক লৈদ-তু মমা নাপী
চিক মঙক চরৈ কিপা যেৎনা। পুক্রিং হকচাং অনিমকপু শীঙলেন
লৈরাং কৎকুম হমা হমা তুঙ্গরবগা, থবায় মরিরেনগী মাইক
মহৈ থোক্না পুকনিং অঙকপবু কোকনববু থৌজান লননিঙ্গরবদা।
কশা কোরৌ মনোংথৌ, গুরু অথোইবনা চাংঙ্ লাইরমলেনগী
লাইনিং মরমচৎ নিংথিববু বাযেল মথাই নাই বারম পরেং
শিমা পাওতাকপীরবগা। থোইমুম কোনলোই মমিংলেন হরি
মিংলেন শিদববু, হেরাং থুৎথা হৈঙ্গুর লাইঙ্গ থিককেন চাইনা
নাকোং থোঙজাওরেন্দা মালং চৈরোইননা লাইঙ্গ ইহলবীরবগা।
নমু মীপোক অতাঙবা পাযমা লৌশিং থোইবদি মপোক মহৈ
পাম্লবগী। লাহল লাংওন অমরক্তা মান থম্বা মরনবু মখোম
খাওরি থোকনা লৌঙথিবা তুপ্তুমবু উনবী পুকনিং পেম্মা থাম্ব-
থিযে হায়দবরা। অসিগুম্বা নমু মীপোক মাইফ থবায় চঙথোনবা
পায়মা লৌশিংথোইবা অহ্নশিংদ কোরৌ নোংজা থুদিংবু মাইবী
খোংহৌ বাইথুংকমগী চৌংঙ্ লাইবিক হায়বদা নোংলেমথিযে।
নমু থবায় চঙথোনবা মীমক অথোইবশিংগা কোরৌ নোংজা-
রেনগীবু লেংদিমনা থোইমুম লাইমিং শোনবনা উনবী পুকনিং
পৈম্নরিযে।

# মীওইবগী শিবা

হে লুবাং পোংলেনহনব-ও। নংবু উনবী পুকনিং তপ্ন নাতাজ-ও। যালেম তাইবংপান অসিদা নমু যীবু ওইনা পোক্লবা অসিবু তাইবং অপংপান অচাইবা চাংখোঙ খুনৌ তেংনা পানবা পুঙনে। তাইবং অবেপ্পবু নত্তে য়োইমযাই লাইরেন তাওদনবনা সুমিৎ শীংওমখিবা খুদিং, লোইদাম থাজ পাথংবনা থাজ মহন-জিনখিবা খুদিংদা লাংৈহ কুম্মাবীনা চয়ৈ লাকয়েন কিশি তাইগুম্ববু মতাইশিনখিরে। তাইবং পুন্সি ইরানলৈ, অবাং শরু লুতুংলৈদি থিংলৌ নিংনা তেনা অনৌবা অময়ক হলরাইবীরক্তে। থৌদ্রু ফেংনা মনগুম্ববু মকু হুকদে, লিল্লা তুগুম্ববু মতাং শিংকদবা পুগ্রনে। তাইবং নমু মীগী মহকচাং অসিবু পায়কোৎ কোৎকম তিংগুম্ববু পুন্সি চেংজেন মহৌখিরবগী অহল মতম ফংনা হনু মাংলৈ কায়বদা হনবা মায়না চিংথুনা মশিংশিংনা ফোইথুনা থবাং সুংজেং লাও নিংথি লাইমনহৌ য়াঙলেন নমলিকোন, য়াম্বেন মথৌকুম খোংকাং মতম শোয়না চাইরুং মচি লাংশিল্লক্লে। মমিৎ পায়োং শুম লাইরেল হাইজুমশা চেংলৌ মিৎকম কুৎনা নমু চেংলৌ শকথন য়োনশিল্লক্লে। খুদোল হিথৌ শানা খুজেং শজৈ তাও খোংকাপ অথাং খুদিংবু লৈতোঙ খুদি চেল চেঙ-জেল থাওনিংতিংনা পুন্সি লৈচং কৌশিল্লক্লে। নমু উনবী পুকনিং থুংনা অনৌবা শঙলৌ থৌয়াং তমদরে। খোইয়ুম নোংদম মরাম্বেন পলেম পীথোইরেনগীবু চেংজেল থাওনিংতিংনা সুমিৎ শীংগুম্ববদা।

ভাইবং হকচাং পাম্মুবা অমিবু হয়ু মখুংপাং, খুংনাং মনালেকা অনা কমফা নিক্লবদা। য়াওগী লিকাননা য়াইবী খুংয়াই-হু মালং অহুমচাও চকয়োন মকালাম লাইজ ইনিলস্তু খোয়দৌ ময়া ভাও য়াওলী লীনম কোম্না হকচাং মনশিক্লবগী। য়াইবী খরাই লান-লমদাইবু কংজিল্লক্লবদা খম্বাল সনা খোঙলমগীবু লমথৌরক্লে। নোংখিৎ ময়াংথৌবগী পাকন মখিন্তু পম্ভুংলক্লে। শীংজাও মখি-ভৎনা হকচাং কাইদোই চল্লিববু ভেংখন কোম্নাংনোম্না হকচাং কাবুম মাপনমকপু. ভাংবুম চাম্মিপানমকপু শহ' হংজৈ শৎনা হিকখোক্লক্লে। নোংশিৎ শাখৌ কনবগী খম্বাল নৈকা ভেনা ছুমদোকলে। হকচাং ফিজুপ অহুম্মকপু কিশি পৈরে খোক্লা শায়া চুমমি ককতোকলে। য়ুমচি শাইদোন নোংশিৎ অনিমক্কা শদোন য়ৈথৎলবগী থবাক খেনবুঙ য়াংন ফিরাল মঙাল নাইরক্লে। শমু মনাকোংবু নাকোং খোঙজাওফুম: চেংলৌ মিৎকোই লেপচিল্লক্লে। মালং মখি নাইবদা নোংশিৎ চৈফু কনবগী সনা চীংদোন লোম্না শিনথৎলক্লবদা। খম্বাল চেংলৌ মিৎকোইখোংবু কোবৌ ভমথা-লাংনা লংথুখিরবু চেংলৌ মিংখিৎ ওমথৌদে। নোংশিৎ চৈফু কনবনা খোইজিল্লক্লবগী থবায় শিদবা অহুদি মিরেল য়াইবী য়াহৌননা য়াইবী মঙাল খোক্লা চোংখোকখিববু। মীপোক য়াইকবা থবায় চংখোনবশিংদি ভোজ লম্লোন মতুংইন্না খোইয়ুম লাইনিং মক্লমপানগী য়াইক মহৈ ভাইরোইননা খরাই য়াইবী বাইথুংফমগী থুমলেন হিচেমরিবা চীংকু কম্বীরেল অস্তম্রু খরাই অয়ানবু ভানকংজখিরে হায়দবরা। বারম অসি খঙনা নমু মীওইবশিংনা

লমচৎ লাইনিং অশেংববু উনবী থুহুম চম্মা গুরু সনা মথোঙ-থাবু চেৎনা পায়জরবৈঙে। নমু তাইবং মীহকচাং অসিবু সনা কোনফু কায়রবগা লিকলাং অমরক হৈনা য়োইওইরকপা। তুগুম্ববু হকচাং কোনফু কায়রবা অঙ্গ অমরক হৈনা য়োইওইরকয়ে।

তাইবং নমু মীওইবা অসিবু গুরু থৌজান মপাওতাকপী থবায় চাম্লা মমিরেন য়াইবী থুভম চংথোনববু লেপ্লা তানকংজরৈঙে। তাইবং কোরৌ নোংমথা অসিদা নমু মীবু ওইনা পোক্লরবা অসিবু পায়মা লৌশিংতামনগী গুরু কমনাইদনা পাওতাক পোৎশক অরেপ্পবু তানকংজরবগী থবায় মাগী মমিরেনবু য়াইবী থবায় তাক্লা লায়থিরে। বায়ব অসি থম হকচাং পাপপু কোক্লা থবায় অগান-ববু তালনকংনবা। লাইগুরু সনা মথোঙথাদা থযোই পুকনিং শিনা পায়জরবগা। নমু মীপোক য়াইকবা থবায় চংথোনবা অহল গুরু লেংনা তিনবা থোইমুম লাইওইনরবশিংবু কোরৌ নোংদমদনা নোঙ্গা য়োইথোনজরৈঙে। তাইবং নোংশাপানগী যোমমু তানলোই মরুপী, মপারি গুংজানবা, মযোম মুংওনবী মনোংয়াই নাক্লৌশিনবা পুম্নমক্কচিংনা। মরন পুঙবু লোইহবা তবা কৈদাংশাংনা লাংগোই শঙশাংকিরনচিংনা হয়েং য়াইথোং শিরম্লেপা থবাই য়াইবীরেনগা অমল তাইরোইনকপে হায়ববু শংশঙ চেংলৌ মিৎনথিৎনা মরৈরিয়ে। থৌরম অসি থঙনা গুরু সনা মথোঙথাদা থবাই হকচাং কৎনা পুকম থৌগনজরগী তানকংজরকপা চৌংঙু মিংলেন শিদবা চোইনৌ সনা যৈথাং

কোনগুম্বনু চীনগোই লাইমিং পোনবদা বাকটৈ হিপা ওই। মীক্লব থৌতিকথোম্না থুম্ নৌপা ওই, বাচুম লাইনিং অচেৎপনা য়াইবী থুডম মাঙদবদা কন্দী বাইথুংকম্ ওইরক্তৈনে। বাহম অসিগীদমক য়াইবী লন্দানথৌবু থিনকরোইয়ে বায়রিবনে।

হে নোংবাম শম্লাই হনব-ও। নংবু নোংশাপানগী নমু মীপোক অতাওবা, মী মক্ল উনবী পুক্লিং লেম্লবা চৌংঙু লাই-বককবগী হাক্তক অমম কোক্লবা। থরাম লাইশেংলবা নমু মীগী মহকশাংদা কত্ত পুক্লিং অমম্বু চংহন্দরবা। লাংওন মীপোক চংথোনবা পায়মা উনপোইমুংবু থাবা উন্নেন হি-গুম চিকথোইরবা। থরাম কনাগুম্বনু য়াইবী ইংনা নৈতনা শরি বায়ম নত্তবদা নাকোং-থোংজাও-ফুল্লবগা। লৌনিং ইথৌ লাংনা নমু মীরল পাম্লবগী, মিৎয়েং চোইনা য়েংবনু, চেংলৌ মিৎহ্রেংদা তেনবাল-মিৎ, অপাম চেংলৌ মিৎথিৎমিৎ কত্তা লাংগু মিৎনে হায়রবগী থোইমুম নম্মুক্লনা হুল্লানথোক্লবগা। গুরু সনা মথোঙথাবু থমোই লাইমিৎ অয়াবা উনবী ইথকমিৎ চৌংঙু মুংওনমিৎ উনবী ইথক-মিৎ অশেংবনা। চৌংঙু সনা মথোঙবা লিক্লি তরংমুংগুম্বদা চংনা মুংতাই পুক্লিং পেল্লবশিংদি। কেংরৌ নোংজা থুনিংগী মীক্লপ লেংদিম্লনা চৌংঙু লাইবককবা হশেল্বু য়াইবী থোঙরৌ বাইথুং ফমগী চৌংঙু লাইরা হায়রবদা থরাম্ন মমিয়েলগী য়াইক মতিক অথো-ইবনু চাওথৎনরিয়ে হায়দবরা। নমু মী মত্তোন পায়ম লিংজেন কত্তবা মীক্লপ লেংদিন পামদনা ওজা লন্দী তাকপিবগী কোনলোই য়াথং ইন্দবা। মপা গুরু নাইদনা থম্লাং পবাম্বিবু থঙদবরা।

পম্মৌ পলেম অনিমক্কী পাওতাক ৱারম য়াকনা, অহল মথক্তীগী নহা মখাগী নহা মখাগী নমূ কনাগুম্বশিংনা থৱাই মথিয়েন শমূ মহকচাংগী য়াইক মহৈ ওইনবা য়োকপী শেগীরক্লবগী লনথুম মতিক থঙনা মীরায় হল্লানখোক্লবা। নমূ লিংজেন কত্তবা অঙ্গু-গুম্বশিংদি চকখোন থাপ্পী মৈয়েত্রেং অৱাবনা শিংবী মহুম চাক্লুম্বনে। নমূ মীতমদি কত্তবা লিংজেন মকিংনাইনা. ঐনে মম্বাই কাবগী পুক্রিং কোনজিন নাইবিবা নমূ মী মতোল মীপোক থৈনা তোল্লিবা মখোয় অসিগুম্বশিংদি মদোম তৌক মহৈবু মদোম মথম্মবগী কম্বা মহৈ অরুম্ববু চানা মালেম থৈনা তানখিয়ে। ৱারম অসি থগুনা য়োইনা ললথম কাওকরোইয়ে। থৌরম অসিগীদমকপু নমূ মীওইবশিংনা লৌশিং ৱাথল লানক্দনা অ:শং অমাং খন ৱাখেন ৱাথি য়েংনা চৎইভনে হায়না। তাইবং নোংশাপানগী মমূ পোং লমচৎ হৌনবা, ৱাখেন লাইনীং নিংথিবগী. অফ কত্ত মরম অনিমক্কচিংনা ৱাখেল মথাই অয়াম্বব থাকপা লৈতনা অম্সম পাওতাকশিন্নবদগী। লুৱাং পেংলেনহনবা হোংনেম লৈকোইবদি শুক্ক কোপোই মপাওতাক য়ারক খোইনা শেংলবা থুমলেন ফি-চেন্নবিবা থৌরম চংখোনবু তানকংজন্নবগী। হকচাং মতু চুংনা মালেম লৈমায়থক্কা ফুবাক লৈদ-তু ময়া নাপী চিক, মঙক চৈরে ফিগা য়েৎ, পিরেন ঈচেলখোইনা হম্মা হম্মা পুরুমজ্রে হায়দবরা। হে ইবুংঙো চৌংকু লাইবককবা পাইমা লৌশিংখো-ইনা উনবী নহৌশাবু লাইজ ইরিকলাইগুম শেংখোইবা অহল গুক খোইমুম লাইওইনবশিংও।

## "পাওতাক শমথরম্বা"

নাক্লোং মণ্ডাং গুরু লাইনিংশিং অনৌবগী পাওতাক ৱারম মাওফদবা থোইদুম লাইরমলেনগী লমচৎ ৱায়েল শাজেন লাইনিং পুম্নমকপু থাকপা লৈতনা। লুরাং হোংনেম লৈকোইবদা পাওতাক হুইথবীরম্বগী লুরাং পোংলেন হনবনা নোংমাই থুমন নিংথৌ মাইনিংতোল অতোনবদা পাওতাক চেৎনা থুৎশিন-নরমনে। থুমন নিংথৌ মাইনিংতোলবনা কেপে মোইরাংনিংথৌ লাইমু পুন্সিবদা পাওতাক হুইথবীরমনে। কেপে মোইরাং নিংথৌ লাইমু পুন্সিবনা মেন্দে নিংথৌ শরাবদা শিন্নরমনে। মেন্দে নিংথৌনা শেল্লোই গুরু কবোমবদা শমথবীরমনে। গুরু কবোম-বদগী শরাং গুরু মোংজেংবদা লমচৎ ৱায়েন লাইনীং অহুম্মকপু মাথং মথংশিন্না তাকপিরমনে। গুরু শরাং নোংজেংবনা উশা পুন্সিবা চংনিংখোম্বদা পাওতাক ৱারম মাওফদবা মাইরেল শিদবু হুইথবীরম্বা। মণ্ডাং কোনলোই মরাথং পাওতাক থোইরেন ফি-চেন্নবিবা ৱারী অহইরোন অচেৎপা অসিবু নাতাজররবগা। পারমা উনগোইমুংগী পুক্নিং মথোং থওওমদনা থৌরম মনিং চৎলবগী উনবী থৌথিং ওমদবা অসিবু চেংলৌ মিৎকুপ মরমদা নিওদে হলরাইনসে বাৱবগী। থোওজম অহোং লৈরাং অতোনবা শংলৌ মথৌরাংগী পূর্ণ শ্যাম লৌশিং তুমুং লংলা পুন-শুমনা পোইরৈ থরাং পরাবিবু থওকাওনা গুরু সনা থুমারেম্বা উনবী পুক্নিং কৎনা থজিতা শৈথিজররকপনে। ৱারম পরেং

চাওমদনা ভেংথা পাংশোই নিকপগী অয়োন মথৈ লৈতবনু। হে ইবুংঙো অহল গুরু, খোইয়ুম লাইওইনবনা মীরূপ লেংনা তিল্লিবা নখোইগী পুক্লিং লাইজ ইচিক নহৌশা থৌজান ঙাক-শীহৈবনা লওজ অয়োন লৌথীদনা হয়া হয়া ঙাকপিয়মঃও।

## "থবায় ফমহোংখিবা"

হরি হয়া হে অসাইথৈগী মীপোক বাইকবা গুরু ঙানবা মংলেন কোইবনা মঙাং কোনলোই মপাওতাক. য়ারম মাঙকদবা গুরু ময়াথং শয়া পাওতাক শমথবীরগবু অসুম য়াহয়বদা। শেবোক মপাবি লুয়াং কুচুবনা গুরু কোয়ৌ মনোংথৌ ঙানবা মংলেন কোইবদা য়াথং অনৌবা চাংজৌ চেপ্পা লোয়া বাকৎচখিয়ে। হে ইবুংঙো গুরু কোয়ৌ ইনোংথৌ অখোইব ও। থৌজান নংগী অখোইবনা তাইবং নোংশাপানগী নমু মীপোক অতাঙবা মী মরু থরায় খোইনা চংথোনবশিংবু। গুরু য়াথং শয়া পাওতাক হুইথবীয়ম্বা, মঙাং চীনগোই ময়াথং রায়ী অহুইরোন অচেৎপা অসিবু নাতাজয়বদা। নদাইয়েম ঐগী পায়মা উনগোইসুংদা কত্তা পুক্লিং অময়বু কোকনা সুংঙাই পুক্লিং পেনবনু তানকংজরে। তৌইগুম হে ইবুংঙো গুরু কোয়ৌ ইনোংথৌ অখোইব-ও। থৌজান নংগী অখোইবনা, চীংঙু মশক অরেপ্পনা কাওবীরব্রবা, খোইয়ুম লাইনিংশিং অনৌবগী চীনগোই ময়াথং পাওতাক য়ারম নিংখিবা বায়ী অহুইরোন অচেৎপা অসিবু, গুরু চীন সনা থখাল

লৈদগী য়াথং শিনথয়কপবু নাভাজখিগে। বায়ম অসিগী মতুংদা ইয়ু লুমাং শন্নাই হনবদা মঙাং শুরু অথোইবনা য়াথং পাওভাক নিংথিবনা বাহমলকরে। হে লুমাং কুচুব-ও উমবী পুক্লিংশিনা নাভাজ-ও। নমু হোংনেম লৈকোইবা কোনলোই মপাওহংদগী মঙাং শুরুরেন অথোইবনা অনৌবা বাহমখিরে।

হে লুয়াং শন্নাইহনব ও মালেম ভাইবংপানবা অসিদা নমু মীবু ওইনা পোক্লববা অসিবু ভাইবং পোৎশক অরেম্লবু নত্তে। চৌংঙু নোংদম মশালওম্না পুক্লিং পান্দম থঙহন্দনা ভাইবং ওম্না ওম্না হম্না হম্না পোকহল্লিরে। হকচাং ঊশিং কোজোলশুম চেংলৌ মিৎকুপ মরমনাঙাইবা অসিবু অহল মতম কংবনা শিনৌ কুয়াংখুপ লুশম ভাংখোক কোম্না হকচাং মকশিল্লবদা। নমু মী হকচাং য়াইবী থবায় মঙামকপু শীংলেন লৈরোং থাইগুমবু থাইনরবগা থবায় শিদবদি কাকথৈ লুমহেংবীচানা খোইমা লাংদোন লামবগুমবু থবায় কমহোংখিরবদা। শংলৌ মথৌবাং য়েনলাং মঙমদম, চৌংঙু ময়াইমকী খোইমুম নোংদম মতুং ইন্না, অক কন্না মবৈবু নমু মী ওইরিবা খৈখিক্লা মদোম মহৈ থমখিবা মশেমে। বায়ম অহুম ওইরিবা খোময়ুম নোংদম মবায়েন চৌংঙু মথৌবাং ওম্নো-কপা অসিবু ভাইবং নমু পোংওইবগী পুকনিং অপৈবা, য়াথং বাচুম নাইদবা পুম্না শানথংঙমদবগী। ভাইবং অপঙপান অসিবু অহিং খোমলেন মংলানচানগুমবনে শীংলেন অরেখনে লৈবাং অভিংঙা অরেম্লনে। অহিং খোমলেন মংলানচান্দা, মুংঙাই পুক্লিং

পেনবা, .মরাওমথোই তোং, চেংলৌ মিৎকোই থম্না মিৎয়েং শানথৈরুবস্ত। অদা লৈথৈ তানা, মুংশি পোৎনেংবা পুক্নিং মিপাই চংবা থোমলেন মংথৈনবকপবু, শীংলেন তুগুমবু তোংদমপুন, লৈরাং তুগুমবু থয়োম শানা লাংলককদবা তুগুমবু। তাইবং নোংশাপানগী মালেম লৈসনা অতানবা, মযোম মুংওনবী, তাম্নোই তুম্নংশি, থংলেন বারাংচানবু, খুৎপী কোয়োক্ত রাই খুজেং হংজি লাক্লা মপারি থাদা কোন, মযোম নমদা পো চরৈ পোৎতমশেম, সনা থাওতাওহান লুপা কোনবু থন, শরা চুম্মী নম্না অমদ শিগুমনকদবা পুতনে। অসিস্থ মদোমদে। মালেম তাইবং অপত্ত-পান অসিবু মালেম লৈনিংথৌ সনা চোংলেন থল্লিবানচিংবা। নমু তনবা মীথনথাই, মালেম লৈপাক কোয়বস্থ, শীংজ কোন-খিনবা মরন পুত্তবু লোম্বা, তাবম নাইশীবশিংস্থ। মরান অতোন-তাবা থমথু অয়েংচেংবগী চৌংত্ত, মবাইবরুপু শমু খুৎনা নম পলেম কোনলোই মমিং কাম্না বাওইবশিংস্থ। থোইমুম নোংদমথোন পলেম শীথোইরেনগীবু লমজায় কদনা পাযমা নিংশা থম চিনবান খোরুথৈ নেমনা অমন শিগুমনোংদা, সনা চুলাইতোং লাংগোই খোক্তওইনা, চোংলেন ইনজম থ্রল, থাংলেন রাওথৌফান তয়ম মাংদচৎনা, অমদ থমথৈ কুমমনাকদে। থরায় রাইবীরেন শিদবনা নমু তাইবং মীহকচাং অসিদা, লোইদাম থাজ পাকংবগী, শরা মমিয়েনবু লাইজ ঈবেনপুত্তদা মিৎয়েং শানথৈবা তুগুমবু। রাইবী তিনশিম্নমবু মিরেন লনথাইনরবগী থরায় রাইবীরেন শিদবদি পোম্নকেং লাইজ মম্নুংগী, শরা কোম্নোং হাংনা রাইবী কমহোং

থোকখিববু নমু মীরিংখেনগী অক কত্তা মখৈ অনিমকপু ঙাই-য়োইনন্না শৰা শনকেনমনখিরে। হায়ববু ৱাৱম থনজিনকদ্রনা নমু মীওইরিবা থৈবিকপু থোইমা তোনশৎনদা, লাংজেং তোন-নাম্মনা, পলেম পীমচা পম্মৌ পা-মচাগুম, পারি লাংগোন তম থোইমুম লাইফি ওইননা থোগন য়োইথোম্নবা তুগুম্ববু. থোজান পূক্রিং লিতিম্নরা য়োইনা ঙাম্মৈরেনে। হে লূৱাং পোংলেন হনবা নংবু পুক্রিং শেল্লোং নিজনা নাতা-ও।

"শিদবা থবায়"

তাইবং নোংশাপানগী নমু মীওইবা অসিনা, মীতু শকপাম্বা মীমৌ তাংথবা মীওস অপামমবানা নাপন 'মম্বাইকাবা। চবৈ হন্নৌবা লিকলাং কোনকাবা. সনা লৈওইনববু লাইজ ইখৌ লাংগুম, পূক্রিং ইনোৎ কাবগী লৌশিং কিৱোন নাই. ম্বাথং লৈনি লোঙনা, পূকনিং অপেন তানবদা পোনবী চম্বামনবনা চেক্রা চিঙ্গাক তানবদা 'শবা লাংবোঙথাদগী লফুং ফমজিংলাং. নাওথমবা লিম্নৌলাং লিম্বেন তাংমরু পোনবী লাংথুনহৌরে। হায়বা তুগুম্ববু তাইবং মম্বা শিকাশাং, মীনম থুম্নৌলাংদা ঢকশি পোল্লাকনন্না লাম্মংনরিম্নে। তাইবং নমু মীহকচাং হকচাং পাম্মুবা অসিবু. থবায় ম্নাইবীরেন শিদবনা হকচাং মুমলেনমুংবু. শয়া কোম্মোং হাংনা পোনবী শহুম পাইখিনা তুগুম্ববু থবায় লন-থাইনখিরবগা। নমু মী হকচাং, হকচাং লৈরাং অভিংঙা অসিবু

চকমোন খাম্বী মৈদা ইক্রবসু উফুল ভাঙ্গোই ওইখিয়ে। খাঙবি লৈরোন চম্না য়ামজেং লৈকুপ পিরবসু খোইয়া লোঙজুম্না মকেঙ হাথননা মালেম লৈওইমনখিয়ে। নমু মাঙক ওকনা হকচাং য়ারীনবোদে। তোইগীদি ভাইবং নমু পোংবগী, হকচাং যুম্লেম-সুং অসিদা তেংনৌ ফোম্লাংওইনা হুইবীরিবা, য়াইবী থরায় শিদবা মিরেল ভোংমারবদি, খাম্বী মৈন ফংদে লাইজ ঈনা ভমকদবা, খোইয়া লিথুকদবা পুন্নং লেপথঙ ভমদবা য়াইনে। অসিগুম্বা থবায় য়াইবীরেন শিদবা অসিবু মহৈ লেম্না মাঙকদবনে। ভাইবং নোংশাপানগী শাজেন লমচং মতুং ইম্না, খোইযুম লাইনিং অরেম্লবু খাজ খুৎপাই চেৎনা লাই শুরু সনা মখোঙখাদা লেপ্না কৎচরবগা। খোইযুম নোংদম মথোথাবু, উনবী খোইথৈসুংগী পুক্লিং লৈতুথুল অরাবনা, হকচাং চিংনা য়েং লমচৎ কাবন চন-হন্দনা। শমু মহকচাংগী খোরম মতিক ওক্লববু কোরৌ নোংজা খুদিং হাঙহন্দা ঈসুং শোয়বা য়াভানববু চিহন্দনা, পুকনিং মিৎ-শেন খাঙগুম খোইযুম লাইরমলেন্দা পুক্লিং পান্দম য়েংনা কোরৌ নোংলেনজৈঙনে। ভাইবং নমু পোংওইবা অসিবু, লাইলনোং পলেম কিপুকসুংদা (পিবুকসুংদা) খোইজি মি-গা হুন, ইমু মচেংথোম্না হকচাং য়োওইরকপা সনা য়ুমলেনসুং অসিদা, চক-মোন মৈরা খানগুম্না ভানবীরিবা মিরেল খোয়াঙবা, থবায় শিদবগা শামন লিকিননা কশা বাংবা মারওকনরকপবু। ভাইবং নমু মীওই-বনা, পুকনিং থোকাওরা, উনবী শেনলোং নিক্লবগী মিৎয়েং চোইদা য়াম্না পুক্লিং লাঙভকনরবগী। থবায় য়াইবী বারথুংকম পোৎকম

মশক অরেপ্পবু, শানথঙ ঙমদনা নমু পোংবা-ও অচোইবা লাইরি ভাংথৎনাইদবদা, পুকনিং লোয়নখিরবগী থবায় য়াইথুং য়াম্না ফজবী চোইনখিরগনে। হায়রবু য়ারম ভ'ঙনা থঙজনা, নমু মীপোক য়াইফবা, থবায় চংখোনবা, মী মরু উনবী পুকনিং লেপলবশিংদি, খোইয়ুম লাইরমলেনগী বাবেল লমচৎ মতুং ইন্না পুকনিং শাজেন কদলবগী। নোংশিৎ লিনমচেৎ, কোঙ্গোই লিথুহৈনা নিংশা লিপাই থঙলবশিংদি। হকচাং কারেন থুদিংদা মালং শোক শোকবু কান্দা খমগোন ঙাও ঙাওববু হুমহন্দনা উনবী লিনফু মরুগী মালং য়াইবী শিদববু খেনচৎ পান্দম য়েংনা হকচাং শজেন চাওগী থবায় মমিরেম্না খোইয়ুম সনা মখোঙখাদা য়াইবী লিকি চেংলব। নমু মীপোক অতাঙবা অসিগুম্বশিংদি, তাইবং নোংশাপান্দা উনবা চরি কুই, মুংঙাই মরাং কায়না পল্লমলবগা। থবায় মমিরেম্না খোইয়ুম লাইকাও মরম-লেনগী, য়াইবী থুভম অরেপ্পদা, পুক্রিং লিবাং মশক ওই, য়াইবী তেনকাপ শোইহন্দনা পান্দমজরবগা। চীংঙু সনা মখোঙখাগী থুভম অখোইববু, লেপ্পা তানফংজখিরে। হায়না খোইয়ুম মশাওন মঙাং লাইনিংশিং অনৌবনা নয়ু লুবাং শল্লাইহনবদা অয়ুম বারীবাবুমরে।

"লাংলোন"

হে লুবাং কুচুব-ও নংবু উনবী পুকনিং তম্না নাতাজ-ও। বারম অসিসু মদোমদে, মালেম তাইবংপানবা অসিদা নমু

মীম্নিংজেনবু, লিংজেল মতৌ ফজবগী য়োইনা ললথুম লৈতনা তাংজ ইকাই খঙদবশিংনা, লৌনম লনপাম্বগী, পুকনিং থুরান চৎপগী, লিংজেল মকিং নাইনা, য়াথং কয়াম হায়বা, লিংজেল মতা ফজবা মতৌ তুমিন লৈশিলনবা। নমু মীতুং থোকপদ চেংলৌ মমিৎ লাওনা মীয়ন চোইশা য়েংবা, তানলোই মীতু হুববু পুক্লিং য়াথি নাইদনা উনবা থৌখিং লৈতবা। নমু মী মতোল মতৌ লিংজেল ফজবা অসিগুম্বশিংদি য়াংলৈ তাওবা হুইতমথিগুম্বনে হাইরমমে। য়াংলৈ হুইতমথি ফজবনা তাওবা মপুং চিরা লিংজেল শোকচংনবগী, য়াংলৈ মদোম থাকপা লানা মদোম ঙকশিনবা, মদোম তোজ মহেবু মদোম মথমেমে হায়ববু য়ার্রম তাঙনা খজজ-ও। হে লুবাং কুচুবও, তাইবং নমুপোং-ওইবা অসিনা পুক্লিং থামন কায়বদি মাংশোক মাঙাই ফমনা হমেমে। উনবী পুকনিং তপ্না তাইবং অমেং ঙাইবদি পুন্সি চেংজেন লোমনা ফমলেন লুচিংববু তানকংজেমে। য়ারৌ তুবান শাশিংমু শঙাই লৌশিংলবগা মচি কেক্রু থোকনা মপানজেমে। লমলেন ললহাম পুঙদগী কাকচৈ লুমমেংপীচাশিংনা মনা হুমাই শানা পুন্সিনৈমে। ভোকফম লৈনামুংদগী লৈমৈ ওমু পাঙলং-মৈনা থোইচু তোম্লোক চিমা পানজেমে।

য়াংকোক থপচোইলানা মপালশা, লাংবন উমুংগুরা মহৈ য়ামা য়াইওঙমে হায়রমমে। অসি মতম মানগুম্ববু তাইবং নমু পোংওইববু পায়মা লৌশিং থোইবশিংগী, কোনলোই অমেংবা

য়াথং অনোনববু, রাচুম চৈরোইননা মতৌ পুক্লিং অয়েংবশিংদি চেপশি পূলনা পম্না অনৌবনা লোন্নেম য়ুমশাবা তুগুম্ববু নমু মীপুম ওম্না থোরম মওম পাওনৈয়ে। শক্লাই য়াইনম অপিশক্লা খুৎলাই শিনগুলুক নিংথিবা লৈতেং মশক অযাম্ববু শাখৈয়ে। কাত্তি লাংশোই অপিশকনা, লাংগোই শামু অচৌববু শামু মরিন ওম্না শামু মীরোন খওহল্লে। কোয়ৌ নোং শগোল মম্নাও, মানলং চৈরোইনবস্তু লাংগোই খুৎক্তরি মীতম হাপ কোনজন চিনবুনমিনা শগোল ময়ৌ নাইহন্দে। মানবী কওৈশবনা কাও-রেন লৌচেল কনবশিংস্তু হুইত্তিকা নিঙ্গোইথিম্না খানলৈ মওম ফংনৈয়ে। যোমস্তু সুজা ওইবীশিংস্তু, লৌশিং মপুংফানা থংলেন মপূ অয়োইবা মহাকপু শমু থুক্লুম চম্না নিংবা পুকনিং লোওহন্দে। লৌশিং মরুমপানগী পুন্সি মতোল লোম্না মদোম মপানজবনে। অসি মতম মানগুম্ববু নমু মীওইবা, পায়মা লৌশিং থোইবা, উনবী পুকনিং তম্লনা, রাচুম পুকনিং লেম্লশিংস্তু লৌশিং নোঙ্গ হৈবগী গুরু মথোজান মচিন লমমরু অহোংববু তানকংজরবশিংদি রাখোকনিঙ্ডাম্ন লৈতরবগী লোয়শং কানকৈ কানা নমু মীমাঙ কম্ববু পুম্না লৈতরে। য়াইবী শিথিলাংস্তু পংনা থুওমদরবনে। নমু মীম্বিংজেন লিংজেন মতৌ কওবা রাশক পামদবশিংদি কাওরেল রাইনা পাম্বনা মালবী চীখোঙ কোকশগুম তাঙ্গা মরলতিংনা লাইরা অতোন তাববু লালনংজৈয়ে। নমু মীওইবা নাপল ময়াই কাববু তাওজ ময়াই লাংবগী, শমু খোংথাং রাংবস্তু লৈতোঙ থুদি চেম্না ইমু কিরাক শাববু য়োম্পনা লালনংজৈয়ে। রারম

অসি থঙনা পায়মা উনগোইসুংগী লৌশিং পুকনিং অনিমকপু শমু খুত্তম চম্না লৌশিং খনজৈহনবনা পাঙ্গন খোঙজোম ওইনঙৈঙনে হায়দবরা। অসিস্থ মদোমদে বারম মতৌ অমস্থ বাহমলক্কে। খোয়মা নারোনসুংদা ফম্বী য়ুমওইরিবা পানবা অথৌবস্থ খোয়মা উমং অশোঙববু ফম্বী য়ুমওইনরিবগা কৈরেল পুকনিং ভপ পানবা মরাং কায়না য়াঙ্গোইজরিয়ে। অসি মতম মানগুম্ববু, তাইবং নমু মীওইবস্থু থকসি খোইয়ুম লাইওইনা, থাসি রাহৈ লালহন্দা খোজান পুকমাম্নরবদি থোরম ওইরিবা থৈবিক্তা লেপ্না পাংনাঙৈঙনে। থোরম অসি থঙনা ময়াম মঙাইবদি লফুৎ লৈনা থা, হেবু ঙাইবদি কিপুন লৈনা থানা য়োইচালনঙৈঙনে হায়রময়ে। অসিস্থ মদোমদে বারম মতৌ অমস্থ ভাইবং নমু ওইবনা অহল মথক্তী ময়াম মঙাইবনা থৌশিখোনবু। মাই রাকন লৈতনা শমু থুম্না পায়, থুরাই মতু কোক্লা, অরা হকনা চোক্লবস্থ ভাঙজলুতুং পায়না য়াহুপ্লদা অহল য়ুমদা লৈবদা কোল্লোই পাওহৌজবনে অরা লমন ভৌফদে হায়দবরা। লোইবী হাওসমসুবী পাঙ্গন চৈশৌ শোনলবগী, তিমেন তাশোন শুনা উনবী পুকনিং লুমনৈয়ে। বারম মতৌ অমস্থ পানবা য়েকলাবা কৈরেন উমবী শানা, য়ারৌ মহিশাং শারেন মঙাইরোই অমবু ভানফংজরবগা। পানবা লোইনাই মনিংলোন ফমলেন লোক্কোই হৈবা, হৌদোঙ য়ুমদা লৈবী চিবা শরাককনবীগীদমকপু শারেল মকোক মথাকয়ে। অসিস্থ মদোমদে য়াংলৈ লমইল হুইনা কোরৌ সুমিৎচুপ ভৌবা অরা চোকনা য়ারৌ শাদানজবু, শারেন শাফারবগা ভাওবা হকনা

মন্তিক ওক্লা চান্নবদা। শারেন কোঙ্গাইপুনা য়াংলৈ মপু অরোইবদা রাম্নথুংঙ্গরবগা, হৌদোঙ যুমদা লৈবনা শারেন মকোক মচায়ে। রারম মতৌ অমস্তু মমা লৈমুং পিশিলগু মচা ওকলেন লাবা খারোনবা, থিংলৌ হকচাওবনা মালেম লৈনিলজববু তাওবা হুইনা থাজরে। অদু মতম মানগুম্ববু অহন ফম্বী শঙবনা লানফা ঈশৈ শকপল্লেয়ে। রারম অসিগীদমকপু অহল লাইওইনবম্ব, নহা মানা শেমবীবা লৌশিং খোংলৈ চাববু তিনখোইবনে তোকফরোইয়ে। অহল মথক্কা খোইযুম লাইওইনবনা ফানলু মকোক তোংবদি, নহা অয়াম্বনা পুক্লিং নিংদনা মুংঙাই মরাং কায়রে। পামেল উজাও মথাদা তলা সোইনৌ হৌবদি মালং নোংশা লাংদে, থাব উম্না ফংদে। অদু লৈরাং মতম মানগুম্ববু তাইবং নমু মীওইবনা অহল মথক্কীবু পুক্লিং অকি চংনা সেবা য়োইথোন-জদুনা নমু মীধা পোম্না তাইবোম্নবৈঙনে হায়দবরা। তাইবং নোংশাপান অসিদা নমু মীবু ওইনা পোক্লরবা অসিদা চাম্ন লমচৎ অ:চৎপা অসিবু হেম্না অফ মহৈ ওইববু অমাতৈনা লৈতরে। হে লুবাং কুচুব-ও নংবু উলবী পুক্লিং পিনা নাতাজ-ও। মালেম তাইবংপানবগী চাম্ন মতৌ অমস্তু রাহমলকে। ইরিকলাইগা খাম্বী মৈত্রেং অরাবগা চুশিন্নেয়ে। পোনবী উচেক কৈবিক্লা মানলং অয়াঙবা পাঙ্গন তেংবাং ওইনরিয়ে। লেমলৈ ঙাগী শাগৈনা লাইজ ঈরেলপুঙবু, লমলোই থৌকাওদনা মরাল যুমওইনরিয়ে। কোন্নৌ নোংমদোনগী লোইদাম থাজ পাখংবগা, থন্নো শীংলেন লৈরিকচিনগা অনিমকম্ব শাম্না লিয়েৎনবগী ইমুং

মতম ফংলবগা শীংলেন লৈকা কয়া ভোয়নৈরে। থবী শেনগো ইরেং অপানবা মুমিৎ য়াইৰংচালগা; পাৎয়াই খয়াল লৈয়ুংশিগা অনিমকস্ন নোংখিল শীংলেন লৈকা কয়া হরাওনৈরে। চেক্র বাহোং মৈবুংবীচানা, য়েক লিক মমৈ ফল, পোনবী মঙক খেক্রা নোঙ-নরবগা নোংলেন অতামবদগী চৈংয়ুং নোংথাং কুপলকয়ে হায়দবয়া। বারম মভো অমস্তু হাওবৈ খানা পাংবলমগী গুগুম্ন লোইম-ভোলগা. ইহরাই লমমথেগা অনিমকস্তু পুক্রিং থোঞ্জালনয়বগা শংলো মথেল লায়ঞ্জেরে। বারম অসি মতমগুম নমু মীওই-বশিংনা উনবী পুক মায়না পুকনিং থোঞ্জায়ববদি। অথাপ অনক নাইফরোই নমু লিংজেন মঙংয়েংন থোঞ্জাল ভাইজিয়ঙনে। পুক্রিং অৱেপ্পবু লৈঙনা লিংজেন ফমহৌ ভৌইববু য়েংনা ঙাই-বোয়নৈঙনে। য়েকনা হুয়াই কাঙমদে, চানা হুয়াই শিনারে। কৌদোং খোংগন ভোয়বনা ভয়া য়ায়া চাবীদে. য়াংলৈ ভুমিন লৈবনা ভয়া চক্ষু ঙমবনে। অসি মতম মানগুম্নবু নমু মীওইব-শিংনা মচিন বাহৈ মেঙবা পায়মা উনগোইয়ুংদদি শেনবী কপ্পৌ য়োৎকুম লৌশিং যুংগয়ববু য়েংনা ঙাইরোয়নৈঙনে। লাইজ ইবিকলাইগা পামেল শেকচুপ থাওগা তিমা ইতাবা তুগুম্বনে অস্তুম পাওভাকপীরময়ে হায়দবয়া।

## "তুংদা থোক্লগদবা"

হে ইবুংঙো মীরুপ লেংনা ভিল্লিবা চৈংঙু লাইবক কব-ও। নুরাং কোনলোই মপাওহংদি অসিস্নু মতোমদে। অসাইঙৈগী নুরাং কুহুবনা গুরু ঙানবা মংলেন কোইবা সনা মথোঙথাদা

অনৌবা বাকৎচখিরে। হে ইবুংঙো গুরু অথোইব-ও থৌজাব নরনকুণ্ডগী, বাযেন লমচৎ অয়াম্ববু নাত্তাজবা অসিদা, নদাইরেম ঐগী থবায় ইমিরেলবু ইপোক মহৈ পায়া য়াইক মথোই তোং-বব লেপ্পা তানকংজরে। তৌইগুম মালেম তাইবংপানবা পুত অসিদগী নমু মীওইবিরিবা খৈবিক্তা মতৌ করম্ববু থোক্লগবনো? গুরু নথোজাম্বগী বারম মপা থক্তিকবু নাত্তাতনিংয়ে হায়না অস্থম, পাওজংজরবদা গুরু কোবৌ মনোংথৌ তানবা মংলেন কোইবনা বাহযলকয়ে। হে লুবাং কুচুব-ও নংবু উনবী পুক্লিং তপ্পা নাত্তাজ-ও। হাক্তক মতম অকোনবা অসিদা, কোন মরিং ফত্তবা অসিবু চত্তশিল্লক্লবদি, পোইরৈ সনা লৈপাক পুম্নমক অসিদা নমু মীচা ফত্তবা বাখণ্ড চিন লৈবাইগী শীঙলেন লৈকেম লাংগুম্বা, লাইজ ঈপাথক্তা পাযেন শীংভূপ তাউগুম্বশিংবু য়াম-শিল্লক্লবগীদমক। পোইরৈ সনাপুঙগী থম্বাং পবাবী মরমচৎ ইরেং পুপাল্লোনগী খোইয়ুম লাইনীং মরমলেমচিংনা লমচৎ বাযেগ মহৌশা থৌরম হৌনরকপবু শমু নমশোম্মনা হুল্লানথোক্লবগা লমচৎ বাথী নাইদববু য়াম্না তৌশিল্লকলহৈঙনে। লৈপাক পুম্নমক্কী শাগৈ অকবশিংনা নমু মীথা পোল্লরহৈঙনে, শাগৈ অতোনব-শিংনা শল্লাই অশেংববু লেপ্পা শারকহৈঙনে। মপু মনাই ওম্না তরম মীনাই ওইরম্বশিংনা মরন পুঙজাও লোইরবগা, বাথং অয়াকতম্না বায়েনলকহৈঙনে। নমু মীওইবশিংনা মরম লনয়াম লোইরবগা, চেংলৌ মশক হেম্না পায়মা লৌশিং থৌবাং হৈববু লেখা ওইরহৈঙনে। পম্লৌ মমা মচা থঙনদা, কাওরেন শলমম্না

তয়ম নাই মুয়বদা, নমু হকথেং কংনা থুরুমনয়রুবগী চয়াপ কুহু য়োনা য়াথং বাকোংনববু য়াম্না তৌশিন্নরুইতেনে। গুরু সেবোক থগুনদনা নিয়াই বাখিনবদা মহৈ চাওখোকপবু ওইনবরুইতেনে। নমু মীয়াম মাগদা কম্না নিয়াই বাখিনবগী, খোইয়ুম লাই পায়না য়াথং বাচুম্ববু য়াম্না তৌনরকলইতেনে। নমু মীওইবশিংনা গুরু কম্বী হোংবসু তোইশিন্নরুইতেনে। য়োইবরেন সেখোক মপাম্বি শিংনসু, কশা কোয়ৌ মনোংখোদা গুরু খোগন বাৎশিন্নরুইতেনে। উনবী পুক্লিং অতনবগা মরান অতোল তাবসু নাপন ময়াই ক্যবগী, পুক্লিং নোলনিংদবগা মরম অহম্মক অসিগনা খোংকৈ চিয়োব চনগুম পুক্লিং য়াম্না মক্রুইতেনে। গুরু খোইয়ুম লাইওইবসু শাগৈ মীরুপ অকনবা চেংলৌ শকোই হেনবনা মরন লময়াম লোইবগী পাখৌ মতৌ হেনবশিংনা, গুরু পাখোবা ওইনয়কইতেনে। গুরু লাইওইনবশিংসু য়োইবরেন সেখোক মপাম্বিশিংগী কাওয়েন মশল য়াম্নরুইতেনে। নমু মী মতোল গুরু কম্বী নাইনা পাওতাক পোৎশঙ্ক অরেপ্পবু তানকংজরবশিংসু। মতৌ লৈপুঙ য়াকাবা থাংজেল পোংনবদগী বারম মচেৎ অমবু তানকংজরবগা মচা সেখোক নাইনা পাওবীরইতেনে। নমু মীতমথি লৌশিং পূকখোঙ শেমহৈবশিংনা, লাইরিক মথেক চংনা য়েকতমলরবশিংবু নিয়াই বাথী চঙনা খোৎতোক্লরইতেনে। হে লুবাং কুহুব-ও নংবু ওনবী পুক্লিং পিনা নাতাজ-ও। তাইবং নমু পোংওইবনা লাওজ মায়োম্বা চেঙলৌ মতম শোয়রবা, কর্ণ নাকোং ফুম্না পঙলবা মায়েন খোঙথৈ তেক্লবশিংসু, মাঙলেন নম্নি পোলনা শমু মখোঙ তেক্লবা মখোয়

অসিশিংনা সেবোক মপারিশিংবু পোকহৈদরবনে। হয়েং মতম অকোনবা কোমাগ্নিং তমথিবনা চংশিল্লক্রবদা শমু মহকশাংবু হকচাং মতম শোয়রবা মথোয় অসিগুম্বশিংনা সেবোক মপারি-শিংবু য়াম্না পোক্লরম্লেনে। অহল মতম ওইনা পুন্সি চেংথেল কুইরবশিংবু পোৎপুননা থোঙলোই পাওথোল চৎনরম্লেনে। মমু মীওইবিবা থৈবিকপু থকসি থাসি নাইদনা পামু মুংশিনবগী পুক্নিং চুশিন্নববু বাৎশিল্লক্লম্লেনে। লালমী অথৌলিচা কেপ্লাশিংনা লালশোক থুক্তারিত্তে থোয়মা মাইওম্না, য়ান্নেল লাইচিনবু কৌনরক-লম্লেনে। মোমন্নু নুজা ওইবীশিংনসু থংলেন বারোল য়াবদা, নুজা মরাইবক ওইনরক্লম্লেনে। তম্বা নিপা ওইবনা তানলোই মথনতেনা লুপ্লেন কমহোং য়াম্বদা কোনলোই মমিংবেন্নু চৎলংলেনে। লুমলেন হান্না লৈঙাম্বী পলেম পিথাওশিনগুমবু, থোজান নমশেলনরবগা তালোই লুমলেন অনৌবীদা পামু তওহ্ লৈপু ওইনা থোজাল তাইশিন্নরম্লেনে। তালোই মরুম্বীশিংনসু, লাইশোন কিদাকথিনা অমৌ হবু শেম্নবগা থংলেন মরা বাৎলম্লেনে। মোমন্নু চেংলৌ মশক শেম চুবা লৈথেৎতেনা চবৈ কিহোংলবগা, থংলেন য়াথি-নবু লেপ্পা তৌশিল্লক্লম্লেনে। থংলেন নাক্তা থাম্নিবা চেংলৌ মশক হেম্না শাগৈ শল্লাই অশেংবশিংবু থোয়মা নম্মুক্লরবগা। শল্লাই শেংদবা চেংলৌ শকোই থীববু ওক্লরবসু মরল য়ামনা লোইববু ওইরবদি, পুক্নিং তাইশিন্নরা থংলেন য়ারংচানবু লেপ্পা ওইরম্লেনে। মালেম লৈপাক কোইবা থুনবী য়াপী হায়বশিংনা লৈপাক য়ান্নেল চুক্লকলবোইরে। মরুন য়াম্বা লোইবা, শাগৈ

শল্লাই অকবগী মীরুপ পাঙ্গল চাওববু য়েংনা য়াতা চুমহল্লরবৈগুনে। চেংলৌ মশকখিনা চৈরে অয়িন তাববগী. নমু মীওইথীবা মীরুপ পাঙ্গল শোনবা শাগৈ ঙাইরি তাম্নবশিংদি, য়াবম মতা শেম্না য়োনহল্লবগা মরুন য়াম্না তিংহল্লরবৈগুনে। মালেম লৈনিংথৌ লৈমা-বশিংনস্তু সনা ফম্বাল মুম্নবগী খৌথোক কুমহৈ তমথীবা বাথোক অথৌববু য়াম্না থোক্লরবৈগুনে। নমু মীপোক য়াইকবা থরায় চঙখোনবা মী মরু থোইকোইবশিংবু. বায়েল ঙাকপীদববু লৈপাক বায়েল চুমদরবগী পোইরৈ তানখোঙ মথুংকুই, বাঙমলেমখোঙ মফৈ পাক্লা পানবা পুঙ অসিবু কুম্বী হনগাংনিক্লা নোংলেম ঙৗ-তাবা বাংলবগী, লোইমোম ফোনাচিংনা মহৈ মরোং অয়াম্বু ব্রাংলরবৈগুনে হায়রময়ে। য়োমগু গ্রঙ্গা চাবোক কাথং শিনবী-শিংনা খোমলাং মহি বাংনা, মহাও মতিক অথুম্বু মাংলরবৈগুনে। কাওয়েল শনখোম অকম অহিংবস্তু, শলখোম মরেং তানা মহাও মতিক বাংচিল্লক্লবৈগুনে। লাংবন খোইরেনহিনচিংনা চিনি থুব-খোইবা, হৈবাং হাওখোইবা খৈবিকপু, থুমলেন মহি বাংলরবৈগুনে। শীংলেন অখোইবা লৈবাং লৈম্নুংশি খৈবিক্লা, শীংলেন মনম চাওরকলরোইরে। তাওজিং পিকনা পাম্না হৈরাং মরাং শমজি-ল্লক্লবৈগুনে। হে লুরাং কুচুব-ও নংবু উনবী পুক্লিং তপ্না নাতাজ-ও। পোইরৈ সনা লৈপাক্তি মতৌ অস্থমতৌনা, লৈপাক মহৌশাগী খোইযুম লাইমীংলেন লমচৎ বাচেন পুম্নমকপু শমু নমদা হল্লারবগী। চীংগু লাইরেল তাওরোইনাই শিদবনা তুবী য়েকপি থুতম লেঙনা খোয়বা মমাইলৈরবগী। লৈপাক মতোল গুম্না

লাইজ তুরেল অচাওবশিংনবু তুরেল মখিলকং, খোংশা ময়াক খুনা পিক্কা চেনলক্লৈ। পুকোক লাইখোং চৌংলক থাবনা, থম্বাল লৈহৌমুংদগী শিন্নরকপা, খাখোং ঈ-মরু লাইখোংতুরু কাৎ-তাইবী ময়াংখোং লাইজ ঈরোং অহম্মকস্থ খোংলেন মতিক অরুববু লেপ্পা মহল্লবৈ। তুরেল লাইজ খোং থদিংবু, লাইজ ময়াংহৌবগী ঈথক ঈপোর চাওবনা খোইশিল্লক্লবগী চাংজো লৈকি-নথববু তৌশিল্লক্লৈ। খোইমুম মায়বৈগে তাকপশিংনস্থ চৌংথু থরাম্মনা মাইলৈবী গুনো, চেংতা খুডম হোংনা পোইরৈ সনা পুঙ অসিবু মালেম লৈখোঙ কাম্মগুনো হায়ববু। নোংদম কুমশিং গুচিল্লক্লবদা নোংপোক মৈরম নিংখৌ মমাম্মবা হয়েন লাম্দারকপবু থাম্বী মৈ হৈথগুম্নক্লবগী, লাইজ পনগুমলক্লবদা খোংকৈ চিরোন তেক্কুমলৈ। পোইরৈ লানথী অয়াম্বা অখোনিচা হেম্মা পানবা কৈচেং লাংগুবা থরু হাইমুচেক্কুম্মা লানকম থুপাই কনবশিংবু পাম্বোম মরুকুম্মা থুৎলাই ময়েং তাম্মবগী পানবা শরাক য়োম্মা কৈরেননিংদেনাগুম্নক্লবগী পোইরৈ তানদবা পুম্মমক্তা পানবা কৈনা লাম্দারকপাতুগুম কাওরেল কোনজাই থোকপগুম মালেম লৈকুম্নুংদগী খোইকু মহুম চাইগুম্বু লেপ্পা লাম্নংজরবৈ। পোইরৈ মচেৎ অমবু শেনবী থুত্তা চন্না মানবী শলখোম পাম্দমগুম পলনম লোইতাপননা মচেং চেল্লিবিবু থুম্বাও চংনা বাইগুম পোইরৈ য়ুম্মকচংনা লেপ্পা খোম্মরবৈ। পোইরৈ লানজেন অচোইবশিংনা লোইবী হেথবা মশাইকোন্দা ময়েম হাওরকচঙনা য়াংগোইরবগী মখিং চৌংদা কানা পাম্বাম্মরবৈ, মখোম হাওশম

পুন্না নোংলেনলম্লৈরে। মমা মপা খুন্ডদা পলেম মমা পোক-মাবীগী থোম্নাং চিনওক্কিবা অঙাং নম্মা অপিশকশিংবু, পলেম পীথাইনরৈরে। পোইরৈ লৈপাক পুম্নমকী নমু মীওইবা খৈবিক্তি পলেম পম্বো খাইননা, তাঙোই মুংতান শেৎনবা, থংলেন মুংওন থাইনম্নবদা মুংশি পুক্নিং কাম্লনা মীকপনবু লৈপাক পুমম্বা নিলনা নাতাম্লরৈরে। মতৌ অমুম তোনা পোইরৈ সনা লৈপাক অসিবু লৈমা লেংওন ম্নাম, নিংথৌ লেংসিনজোইবা মাপেম লৈপাক কোম্নবশিংগী শংলাক কৈরুং মকম ম্নাম্না হোংববু ম্নাম্না তোতিম্নক্নবগী পোইরৈ অক লেংওম্না কম্ভ লেৎশিম্নববু লেপনা তোম্বাম্নারৈরে। বাম্নবু বাম্নম লেপ্পা খঙজ-ও। মম্নম অসিগী-দমকপু তাইবং নমু পোংবচানা, থোইমুম নোংদম মবাম্নেনবু লৈপাক মহৌশাগী বাম্নেল লমচৎ লাইবু নীংজরৈরে। হে লুবাং কুচুব-ও নংবু উনবা পুক্নিং শেংনা নাতাজ-ও। বাম্নম থোইনা লুবা অমম্ব বাহমলকে। থাইনা নাহমোং হরি খুনুং লাংবচক অহুম্মভদি, চীংঙ্ মোংদম মপুম্নেন থোইমুম অতিঙকোক গুরু শিদবনা। থোইমুম শমু মহকশাং অফোংববু কাওবীহুনা থোইমুম শমু মহকশাংবু হৈম্নাং মশা শেৎকুম মীপোক ম্নাইকবশিংগী শমু মহকশাংদা চংনা তাইবং পুম্না শিম্না পোকহম্নবনে। ম্নাম্নম অসিগী-দমকপু তাইবং নোংশাপানগী মীপোক ম্নাইকবা, মী মক উনবী পুক্নিং তম্না, থম্নাম চংথোনবশিংবু চীংঙ্ মহকশাং অম্নেম্নবে হাম্নবু ম্নাম্নম তাংনা খঙজম্মো। মতিক অসিগুম্নশিং মী মক থোইকোইবশিংবু, নমু মীওইবা উনবী পুক্নিং মক্নিবশিংনা পুক্নিং

শানথঙ থঙদবগী মাহৈ কাম্বদ চম্ম, মাথং লাকচখিম্ববদি, মায়েন মাগী খোংজিন্নুংদা লাইথুং পুম্না থুংনরিয়ে। শমু মখোঙতোম্না শোকচিন্নুরবস্থ, থুনাং তাংবুম তেক্ক শয়েঙ মতাংবোমগী পাখোম মাইখিবমু ওইনরিয়ে। তাঙজ মকোক কৎনা থুরুমনিংদবগী, মাপল মমাই কাবশিংদি তাংজ মাগী লুমেলতোন্দা অনৌ লাই-থুংচংবা থৈবিকপু লেপ্না মাঙবৈঙনে। পায়মা উনগোইহুংদা উনবী পুকনিং মক্না নিংজিন্নুরবদি শমু মহকশাং পাখেল উবি য়েৎকুম য়েৎশিন্নক্রবগী অমা মথৈ লৈত লাম্নংতয়ে। হয়েং মতম থম্নৈল কুম্নবস্থ থমমুং বারক অরুপমু য়োন্দনা নংজরুবৈঙনে। মারক অসিগীদমকপু তাইবং নমু মীওইবশিংনা মদোম তৌজ মথৈবু মদোম মচারুইয়ে। খোইমুম নোংদম মবায়েনবু অমা থৈনা লৈতরে হায়রিবনে। চৌংথু নোংদবা খোইয়ুম বায়েনবা মহাক্রুচিংনা, তাইবং মীপোক মাইকবা মী মরু খোইকোইবশিংবু লাক্কেন কিপি তাইনা নোংদম বায়েনলিবনে। চৌংথু মায়পৈ তাকপা মানাচিংনা মী মরু উনবী পুক্রিং তম্লশিংনা খোগন ইরাৎচরিয়ে। অসিগুম্বা মীপোক মাইফখোইবা থবায় চংখোন-বশিংবু হয়েং মতম অকোনবদা নমু মীওইবশিংনা. ঙোয়মা নমমুক্রনা খোগন ইরাৎপিরমোইরে। তাইবং নোংশাপানগী নমু মীচমবু নমু লিশিংখোম্না খোগন ইরাৎচরবস্থ নমু থবায় চঙ-খোনবা মীপোক মাইকবা অমত্তবু ইরাৎ খোনিজবনে হে খোইবনে। মীমক অখোইবা অমবু অবা লাম্নংহন্নবস্থ নমু মীচম লিশিং শুনা অমা লাম্নংহনবরু হে খোইরবনে।

থরায় য়াইথীরেনবু মাংহল্লবদি তাইবং নোংশাপান পুম্নমক অসিবু খুগায়বগী কত্তা মহৈ অরুম্ববু লেপ্পা থাজরৈঙেনে হায়রবু য়াবম চেৎনা থঙজরো। তাইবং নমু মীওইবা অসিনা মতম অকোনবা অদুদা গুরু অখোইবা মীপোক য়াইকবা অনিমক অসিবু থৌরম অচৌবা ওইনা লেপ্পা শিঙথারৈঙেনে। পলেম মমা পোকমাবীগা পম্খৌ মপা শাৎমাবগা, গুরু কোরৌ মনোংখৌ অখোইবগা মখোয় অহুম্মক অসিগা কোনলোয় ময়াথংবু য়াথং লেপ্প চমজল্লরৈঙেনে। হে লুরাং কুচুব-ও নংবু উনবী পুক্রিং পিনা নাতাজও। মালেম তাই-বংপানবা অসিদা পলেম ইমা পোকমাবীদি মালেম লৈপাক অরুম্বনে পম্খৌ ইপা শাৎমাবদি কোরৌ নোংমদোন অরাংবনে, গুরু কোরৌ মনোংখৌদি চোইনৌ শজিক্কুম মালেম লৈতুবনে। লোইদাম থাজ পাথংবগা য়োইময়াই লাইবেন তাওদনবগা অনিমক্না হাংদৈ নোংপোকলা পাংবলমদা থোক্লকলবস্থ পাৎয়াই থরো লৈনা চৌংদৈ পল্লংলাদা ওক্লবস্থ, থাগী মৈত্রেং অরাবনা লাইজ ঈ·গুম চিক্লবস্থ পলেম পম্খৌ অনিমক্না গুরু অখোইবগা অহুম্মকী কোনলোয় ময়াথংদি য়াথং চম্না নোকনহৈদরবনে। মতিক অসিগুম্বা পলেম পম্খৌ অনিমকস্থ, কপা গুরু কোরৌ মনোংখোগা, তাইবং মীপোক য়াইকবা থরায় চংখোনবা মী মরু থোইকোইবগা, মরম মরিমক অসিবু হয়েং মতম অকোনবগী নমু মীওইবা অক লমচৎ থঙদনা লৌশিং হাথন লৈতবা পাবমা লৌশিং লিংজেন কত্তবশিংনা থৌরম অচম্বদা মতিক লোয়ননা নিংলরৈঙেনে। মতৌ অয়োনবা অসিনা নমু লিপজেন কংবা খৈবিকপু পুন্সি চহি কাঙনা বাহৈ

মৈশা লাংববু য়াম্না লাম্নংলগৈঙেনে। হায়ববু অহল মাংগী মপোক য়াইকবা, মী মরু অথোইবা থবায় চংখোনব, খোইদুম লাইপোক অভাঙবশিংনা, চৌংঙু মশক অবেম্না মঙাং গুরুরেন খোইদুম লাইনীং অথোইবা থৌজান মরনকুদগী গুরু মথংশিন্না পাওতাক শমথবীরকপা রারম মাঙকদবনে। হে লুবাং কুচুব-ও নংবু খোরম অসি থঙনা ভাইবং নোংশাপানগী নমু মীপোক অথোইবশিংদি মপোক মহৈ পাম্ন য়াইক মথোই ভোংববু পুক্লিং খৌরাং চাওনা গুরু সনা মখোঙথাদা পযুপ লৈনমপক নোনজ য়োইখোনখোইনা পুরুম খোগন রবগা। গুরু থৌজান মরনকু পাওতাক লিয়োন অচেৎপা শিনকম মসুং চনববু চৈথম পবেং শিম্না লানহন্দনা থমোই লাইমিৎ কিশিকমগী, পুক্লিং চিংনা কোক্লা উনবী পুক্লিং পেম্নফম, গুরু কোলোম মপাওতাক থৌজান য়াথং চংখোনবা থুমলেন হিচেম্নববু তানফংজরবগী। অমম কোকনা লাংবন চৌংশাং খোইরেনহৌনা লৈরিক নোংজুরবগী, য়াইফখোইবা মিংলেম্না অমম চেংলৌ মিৎপু ঙকপদা। চকমোম মৈরা থানগুম থমোই লাইয়ুম ঙানলবশিংনা ভাইবং নোংশাপানগী তরং লাইজ ঈরেনপুঙ অমল মথৈ লৈতবা অসিবু শমু নমদা হুম্না থবায় অরানববু লেম্না ভানফংজখিগৈঙেনে হায়ববু রারম ভাঙনা খঙজরো। হায়না অসুম ঙানবা মংলেন কোয়বা মীপোক য়াইকবনা ভাইবং নোংশাপানগী নমু পোংলমচৎ মিংথিবা. বায়েন লাইনিংহৌববু খোরম খাকপা লৈতনা অসুম পাওতাক হুইথবীরবদা। নোংবান মীপোক অশেংবা লুবাং কুচুবদি গুরু চিনগোই মবাথং পাওতাক থোইরেনহিগুম

থুমকোইবা। তাইবং নমু যীওইবগী মহৈ লন্দানথৌ নমু পোংলমচৎ নিংথিববু নাত্তাজরবগা, উনবী পুকনিং পেন হকগাং মতু চুং মিৎ-কোই লাইজ ঊকম চেম্না, মালেম ফুবাক লৈন-তু মম্না শাপী চিকনা গুরু সনা থুম্নাবেনবু তাওজ লুরুপোকনা হম্না হম্না পুনেম-জরে হায়দবরা।

## "পুন্সি নিজবা"

হে ইবুংঙো মীরুপ লেঙনা তিল্লিবা, তাইবং নোংশাপানগী চীংঙু লাইবক কবা মীয়োল তোংমাম্নবা, তোমশোল লুয়োইববু উনথম লাইজ ঊরিকলাইগুম শেংথোইবা লাহন লাংওন অমম্নকা খোইযুম শামন লিমন চীংঙু পাওকা মম্ননওনগী হাক্তক মীপোক অসিদা। নপোক মহৈ পাম্না লাংওন মথোম্নগী মপোক কারকপা নথোম্নদি গুরু খোজ্ঞান পাওতাক লিয়োন অচেৎপা শিনফম মম্নুং চনববু তানকংজরবগী। ম্নাইবী খোঙহৌ খোযম সন মথোঙ-খাবু উনবী শামন লিকিননা থমোই কিশি লিয়েন চেৎলবা তাইবং নোংশাপানগী তম্নং পনখৈ নাইদবা অসিদা হাক্তক অমম কোক্লবা থমোই লাইযুম শেংলবা হে ইবুংঙো অহন গুরু খোইযুম লাইওইনম্নবশিংও। নথোম্নগী সনা মথোঙখাদা লাংহয়োংগী পোইরৈ থম্লাং পাম্নারী, ইয়েং পুপানলোনগী যাম্নী অরিববু চীংঙু মশাওম্না কাওবীরবা, মঙাং গুরু লাইনিংশিং অনৌবনা য়োইবয়েন সেথোক মপারি লুবাং পোংলেনহনবা হোংনেম লৈকোইবদা ম্নাইবী থবাম লান্দানথৌ অশেংবা খোইযুমলাইনিংলেন নিংথিবগী বায়েল মথাই অম্নাথবু গুরু বাথং শমনা পাওতাক হুইথবীম্নহা। মালেম লৈমিংলৈ

নমু পোংশেমম্রা, মীরোন অহুইরোন অচেৎপা অসিবু ভানকং-জগবরা থওদে। থোংজম গৌরাং মপারি পলেম মমা কৌবরোন চম্মু পাময়া উনগোইমুংগী অহোং লৈরাং অভোনবনা মশানৌ পলেম পীওইনরিবা অদোল নোংমাই য়োইবা চম্মু পঙ্করিনি থৈয়োইরোম্দা ভাইবং নোংশাপানগী নমু মীকচাং অসিবু ভাইবং পোৎশক অরেম্পবু মত্তে হয়েং থোইমুম নোংদম্বা মরাম্বেনবু পলেম পীথোইরেন পম্মৌ পাথোইরেনগী, চেংজেল থাওনিংভি'ন পুন্সি মতোল লোম্বদা। থরাম্ন শিদব' অসিনা হকচা' তল্লান-লমতুনা অমন থৈম্রে কুম্নবগা ভাইবং মালংপান অসিগী পম্মৌ পলেম অনিমক্লচিংনা, শাগৈ ঙাইরি পুম্নমকস্তু, ভালোই ভুমুংশি থ'ঙ্লেন বারংচান মপারি মুংজানবা, মযোম মু'ওনবী মথোম অসি থৈবিকস্তু ভাইবং চিনজাক হাওথোইবা, চৈথ ফিথুৎশা মাম্মৌ ফিরাংচাম্নচিংনা সন লৈ থইনবস্তু, মহল পুঙবুলেমবা ভরা কৈদাংশাংবনচিংনা মঙম অসি থৈবিরপু থরায় ঐথোঙগী ইমি-রেলগা অমল ঙাইরোইনকরোইয়ে হায়ববু লেপ্পা মরৈবিরে।

বারম অসিগীদমক হয়েং লাংওন অমম্বক্ত' ম্বাইক মথৈ ওইনবা লাহম্মোংগী পোইরৈ থম্মাং পবাগী অরিবশিংদা হায়রম্বা। ভাইবং মীপোক ম্বাইফবা থরায় চথেনবশিংগী বাযেন লমচৎ নিংথিববু লাই-রিক শৈশেমসে হায়না পুক্লিং বাভানরবগা। কশা মথোমগী থোইমুম লাইওইনরিবা থুমুং ঙানবা মপু নিংথৌজাগী গুরু সনা মথোঙথাদা কোনলোয় মাথং নিরুববু পুক্লিং থৌজান থোইনা মাথং লন-কুবীরবদা। থোংজম অহোং লৈম্মাং অভোনবা শানৌ মতৈ মনাওগী

শংলৌ মথৌৱাং য়াথং থৌনেকথোনগী অদোন নোংমাই ওইনামচা পূর্ণশ্যাম পায়মা শিলথৈরোম্বা লৌশিং তুম্নুং লংলা পুনশুম্বনা। পোইথৈ থম্বাং পৱাৰী ইবেং পূৰাম্লোনগী ৱাৱৰ অয়াম্ববু থংকাকনা পোইথৈ লাইৱিক খুদিংদা ৱায়েল লমচৎ নিংথিবা ৱারম লমচৎ নিংথিবা ৱারম চাইনা থম্নৱশিংবু। শৈরি খোঙহৌ লাকলূদনা পন্দোম ৱায়থুং থিরুদা য়াথং শুপলাকহৌনা থজিক্তা ভেংথা শৈরেংজররবনে। ৱারম পবেং চাদনা ভেংথা কারল চনবগী অয়োন মথৈ লৈতনা লংজখিববু হে ইবুংঙো মীরুপলেংনা তিল্লিবা চীংঙু লাইবক ফবা খোইয়ুম লাইনিং চেৎপা নখোয়গী পুক্লিং লাইজ ইচিক নহৌশা, খৌজান ঙাকপীহৈবনা লংজ অয়োন লৌবীদনা ঙাকপীগমও হায়বগী হয় হয় পুকমজরম্বনে। তয়ম চিনগোই ইৱাকথদা ইমাই নোংনেম লাইনা পাংনা খোংলেন নমাল ইমাল কৌবা চীংথং লাইনা পাংবলমদা ভাইবঃ নোংশাপানগী য়াইফ থিং- লেন চংথোনববু শী লেন তুগুম্ববু ভোংদমপুন লৈৱাং থয়োম শানা পুন্সি লৈনিজবনে। হরি হয়া লাওনা কোনচিল্লমগে হরি হয়া হে হয়িচা। হৈৱাংখোজমচা গোৱসিং অঙাংনবা অপিপা লৌশিং নিংথৈ লৈতবা উনবী পুকখোঙ মল্লিবা পুক্লিং লনবাম থোইবগী ৱারী অহুইরোন অচেৎপা অসিবু অা চা-মাঙগী মতুং শয়া শৈদম- জরকপনে ক্লি থোইজিন য়াম য়াথং থোইয়া শম্নবস্থ শাধু থোইয়ুম লাইওইনবা নখোয়গী থুয়া লৈখোঙথানা ঙাকপিও হ হয়িচা হয়া হে।

# ৱাহৈগী অর্থ

## অ

অয়োনবা — অয়ানবা। অসিন্দু মদোমদে — অসিদস্তু নত্তে। অমাতৈতনা লৈতরে — অমদগী হেয়া লৈতরে। অমন — শিবা। অছুইরোন মথং মথং শিন্থরকপা। অদোন — থুমন। অণৌবা — সনামহি।

## ই

ইল্লেন ইন। ইযু — ইবুধৌ। ইন্নাকমহি — লাইরিক ইবহি।

## ক

কোরৌ ইনোংখৌ নোংথক লৈব লাই কোরৌ নোংলাংপান — অতিয়া। কোরৌ নোংজা — সুমিৎ থুদিং। কোরৌ নোংলুপান — লুপা। কাওবি চীগলুক্না — কোক নোনবা। কশা — লাই। কৌবরোন — মোইরাং য়ুমনাকী নিঙোল। কংলৈ পুংময়োন — মৈতৈ লৈপাক।

## থ

থুনবিরোক — কংলাদা লৈবা লম অমা। থম্নাং পরারী — থাইনগী রারী। থুমু — নৌ। থমমুং লাংওয়োং শরা পনকেম্নোংদ — শিব মতমদা। খেল্লাইথোঙ — লাইবক। থোইরা লিরৌ থঙদবা — হৌরককম থঙদবা। থোম্নেন মঙথৈনরকপা — মংকাওনরকপা। থোমলেনম মঙলানচান — মঙ। থোইমুম — লাই। থোইমুম নোংদম মরামেন — লাইগী নোংদম।

ঙ

ঙাইরোটনথিকদে—লোইনবা যাদে।

চ

চক—যুগ। চকযোন—মৈ। চাচন চেৎনা—পুক্লিং চেৎনা। চবৈ কিয়াংচান—ফি। চৈশৌ—পাশৈ। চোয়নৌ—সনা।

ত

তমলেন — ঈশিং। তরং — ঈশিং। তাইবং নোংশাপান—তাইবংপান। নোংশাপানগী—তাইবংপানগী। তাংজা—লিল। তামফংবা— ফংবা।

থ

থিংলৌ—লপী। থংলেন—মপুরোইবা। থোইথোইবা—অথোইবা। থাওয়ি লৈরোন চনবা—লৈপাক্তা ফুম্বা।

ন

নপিওতা—নথোয় অনৌ। নোংকাই শিকামকুম—লৈচিল্লা কুম্নগুম। নাতা-ও—তাও ও। নমু—তাইবং মী। নিংনা ভেনা-- রমুক হয়া। নাহল—মমাংথক। নাতাজরবগা—তায়পা। নমু পোংবচা—মী। নশাবী—মপুরোইবা। নাকলু কিয়ানবা থোইজি মিগহুয়া—গর্ত পুবা। নয়—নবুথৌ। সুজা—সুপী। নোংলাং কুইনা—সুমিৎ কুইনা।

প

পূরুমজয়বনে—থূরুমজয়বনে। পোংশেম—মী শেম্নকপা। পোংলমচৎ—মীয়মচৎ। পশোৎ—কি অঙৌবা। পিথাওশিয়—ময়া

শক্সা। পথাঙশিম্মা—মপা শক্সা। পাচা—শাগৈ। পায়মা—পূক্লিং। পীনাইদবা—মমা নৈতবা। পানাইদবা—মপা নৈতবা। পোংলিং যুক—মী শেম্বা যুগ। পেংলোংনাই—হম্রিং। পোইরৈ—মেঁতৈ নৈপাক।

ম

মিৎথোঙ পাংগুম—মিৎ পাংবগুম। মনোংঘাই—মগুসুপা। মী রুম—মী অফবা। মপারি—মচানিপা। মযোমলোন—মচাস্রুপী। মশানৌ—মনাওনিপা, মতু। মালেম ফুবাক নৈদাতু—শক্রাং দগুবোৎ ভৌবা। মালেম নৈসনা অঙাঙবা—সনা। মালেম নৈশেম্বা—অশীবা। মালেম নৈবোশৈ—পৃথিবী শেম্বা। মীচঙ্খী—অম্নবা মী মীভমথী—কন্তবা মী। মুরাপলি পুংমরোন—কংনৈ পুংমরোন। মৈরেং—মৈ।

ল

লনকুবিবা—চানবিবা। লাইজ ঈরোনমুং—ঈশিং মমুং। লাইজ থিকফেন চাইবা—ঈশিং থিকপা। লাংওন—মপোক। লনওন—ভৌরকপা থবক, কারবার। লংফেং মথোকলকপা—মথোক কারকপা। লিক্রম—মোইরাং লাইচি।

র

রাইথুংকম—থুংকম। রাথি নাইদবা—রারম থিজিন্দবা। রাহম-বীরকে—হারবীরকে।

শ

শাৎমাবা—মপা। শানশেম্বা—শেম্বা। শানকোংবিরবগা—কাও-রকপিরবগা। শাবি—মপুরোইবা, মমাবা। শিমৈরোম্বা—লৌশিং

মপুং কাস্ত্রিবা। শানথংঙবনো—থংবা ঙমগদবনো।

য়

য়াইবী—থবায়। য়াংগোইবা—লৈবা। য়ায়ৌ—শা। য়োইবয়েন—সেবক। য়োইময়াই লাইয়েন ভাউদনবা—মুমিৎ।

হ

হম্মু মালৈকাবা—হনুবা। হামলেন—লৈচিন। হুইথবীরম্বা—শমথবীরম্বা। হুমলেন মুংশিৎ। হুন্নানবা হন্দোকপা, লংথোকপা।

---



লোইরবা



## লেখক্কী ফোংলগদবা লাইরিকশিং—

১। থবানথাবা হিরান।

২। ফৌওইবা খোঙ্গুল।

৩। শল-কাণ্ড।

৪। পাহোইবী নাহেরোন।

৫। মণিপুরগী ধর্ম্ম অমসুং মাগী শক্তম।

